

# মায়াদেশ

থাংজম ইবোপিশক



রাইটর্স ফোরম
ইম্ফাল

**Mayadesh**
(a collection of poems in Manipuri)
by **Thangjam Ibopishak Singh**
Imphal, 1999

অহানবা ফোঙবা ঃ নবেম্বর, ১৯৯৯

থাফঙবা **বি এস রাজকুমার** [illegible] ৭৯৫১২৪
(মণিপুর) [illegible]

কপী মশীং ঃ ১,০০০

নম্বা ঃ পদ্মা প্রিন্টর্স (কম্প্যুটরাইজ্ড) পাওনা বাজার, ইম্ফাল ৭৯৫০০১



মখুম ঃ **রাহি গুণিন্দ্র সিংহ**

মমল ঃ লুপা ৬০/

---

***অইবগী ফোঙথরবা শৈরেং লাইরিকশিং ঃ***

১। **অপাইবা থবায়** (১শু খুৎলম ১৯৬৯, ২শুবা খুৎলম, ১৯৯৭)

২। **শীংনবা** (ভোল্যুম ১/২ ১৯৭৪)

(য়ুমলেম্বম ইবোমচা অমসুং বর্নজিৎ দব্রিউগা পুন্না)

৩। **নোবোক পাতাল পৃথিবী** (১৯৮৫)

৪। **ভূত অমসুং মায়খুম** (১৯৯৪)

# জেনরেল সেক্রেটরীগী ৱারোল

ৱাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল সেপ্টেম্বর,১৯৮৮ দা অইবা খরনা পূনশিন্নদুনা মশানা ইজবা লাইরিকশিং ফোঙজনবগী পান্দমগা লোয়না লিংখৎখিবা সংস্থান্নি। পান্দম অসি কায়দনা চত্থরক্লি। ফোরম অসিনা ফোঙবা লাইরিক কয়ানা চাউথোকচনিংঙাই ওইরবা মনা-মথুম কয়ামুক ফংখরে। লাইরিক ফোঙবা খক্তা নত্তে, সাহিত্যগী পাউ কৌবা থা অহুম-খূদীংগী ফোঙজবা অপীকপা চেফোঙ অমসু ১৯৯০ দগী হৌনা পুথোকচদুনা সাহিত্যবু খোয়দারিবশিংগী সেবা তৌজরক্লি। তশেংবমক চেফোঙ মচা অসি মতম-মতমগী ওইবা সাহিত্যগী ঈ-পাউ কয়াবু অপূনবা শক্তমদা অপাবগী মফমদা যৌহনবা ঙম্বা মণিপুরগী ওইনা অমত্তা ঙায়রবা চেফোঙনি। রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালনা মেম্বরশিংগী লাইরিকশিং শেম্ফং পীদুনা ফোঙদোকহনবতা নত্তনা, মণিপুরী সাহিত্যগী ওইনা কান্নগদবা লাইরিক কয়াসু পুথোক্লবা থৌবাং তৌরি। ঐখোযগী সাহিত্যগী মতীক লৈবা পোক্খোকশিংবু অতোপ্পা ষ্টেটকী মীওইশিংদসু খঙহন্নবগী পাদমগা লোযননা 'ট্রান্সলেসন সেল' অমসু নৌনা হাংদোকচরে। ফোবম অসিনা মতমগা চানরবা ৱার্কশোপ কয়াসু পাঙথোকত্রে।

অসুন্না লেপ্তুনা চত্থবকপা খোঙথাং অসিনা হন্দক পুথোকচরিবা শ্রীথাংজম ইবোপিশক্কী মায়াদেশ মিংথোনবা শৈরেংগী লাইরিক অসিনা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগীদি ৫৩ শুবা লাইবিকনি। ইবোপিশক মীয়াম্না হেন্না থোইদোক্লা মশক খঙনরবা কবিনি। সেটায়র অমদি আইবনিগী শকল্লা খবা হেয়া মাগী শৈরেংশিংদা মমি তাবা কবিসিগী, হান্না ফোঙখ্রবা শৈরেং লাইরিক অহুমগী মতুংদা হন্দক্কৌসি পুথোরকপনি। শৈরেংশিং অসিদা মহাক্কী পুন্সীগী মীৎয়েং অমসুং থাজবগী মশক অদু কদায় ফাওবা হোংলক্লবগে হায়বদু থিনবগী খুদোং চাবা অমা পীবে। সমাজগী নুংগী ইচেল, অইবগী নুংগী ইচেল, অপাবগী নুংগী ইচেল—ইচেল অহুমসিগী কৃষ্মনি অইবগী জগত্তি। ইচেলশিং অসিগী মশক, মচু, মহাও চাংয়েং তৌনবগীদমক্তা রাইটর্স ফোবম, ইম্ফালগী মায়কৈদগী মীয়ামগী খুত্তা লাইরিক অসি নোল্লুক্লা লাম্থোকচরি।

বি. এস. রাজকুমার
জেনবেল সেক্রেটরী
রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

ইম্ফাল
*(নবেম্বর ১২, ১৯৯৯)*

# ৱাহৌদোক

ইন্দক ফোঙলিবা লাইরিক অসি— মরূপ অনীগা লোয়ননা ভোল্যুম অনীদা ফোঙখিবা **"শীংনবা"** থাদনা— ইশাগী ওইবা ৪ শুবা শৈরেংগী লাইরিক্নি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা শৈরেংশিং অসি ঐগী ৩ শুবা লাইরিক **"ভূত অমসুং মায়খুম"** (ফোঙবা নবেম্বর ১৯৯৪) দা য়াওহৌদ্রবা শৈরেং খরদগী হৌরগা হৌখিবা চহীদা রাইটর্স ফোরমদা থাগৎনবা লাইরিক অসি শাগৎপা মতম ফাওবদা ইখিবা শৈরেংশিংদগী খনগৎচবনি। ইং ১৯৮৮ মে থাদা ইখিবদগী হৌরগা ১৯৯৮ এপ্রিল থাদা ইখিবা শৈরেংনা লোইশিল্লি। পূম্না শৈরেং ৫৮ গী মমিং যাওরি। অদুগা 'শক্তম পরেং' মিংথোনবা শৈরেং অমা অমসুং অমদগী হেনবা মচেৎ কয়ানা পূনশিল্লগা সেট ওইনা শেম্বা শৈরেং ৭ খক য়াওবসু লাইরিক অসিদা থেংনবিগনি। মচেৎশিংদুগী মশীংদি থওইনা পঞ্জদ্রে। মদু পূম্নমক পনবা তারবদি ঐগী শৈরেংগী ঙাচেৎ থুমচেৎকী হিসাব উৎপা ওইনা থোক্কনি।

লাইরিক অসিগী মমিং **"মায়াদেশ"** থোল্লি। মমিং অসিমক্তি লৈখিদ্রবা ওঝা জি. সি. তোংব্রাগী মায়াপুরদগী লৌজবনি। ওঝানা মাগী লীলা খরদা মণিপুরবু 'মায়াপুর' হায়না থোনবা থেংনৈ। ওঝাগী মায়াপুর অসি ঐখোয়গী বৈষ্ণবশিংনা শেংলবা তীর্থীন লৌজবা শ্রীধাম নবদ্বীপকী শ্রীচৈতন্যগী পোক্লফম অদুগী মহুৎ শিন্দুনা সিম্বল ওইনা খঙহনবা নত্তে। মীনম্বা ঙাঙবা, তৌশিন্নবা, তাৎ-পাৎ, চীরোন খারোন তৌবা মীশক্তনা থল্লবা লমদম; হুরানবা, লুট-পাৎ তৌবা, অমনা অমবু থাজহল্লগা হাৎপা ফৎত্রবা মীওইশিংগী লমদম, মোৎলবা সরকার, অর্থ থোক্রবা গণতন্ত্র চৎপা, ওইদ্রবা মঙদ্রঙগী মায়াগী লৈবাক অমগী মহুৎ শিন্দুনা পুথোকপনি। ওঝাগী মণিপুরনা মায়াপুরনি, ঐগী মণিপুরনা মায়াদেশ। মিংথোলতবু মান্নরুবগী রাতনি; মিংথোলতবু মতৌ তমজরুবনি। ওঝাগী লীলাশিংগী মশিঙ্গা মপাঙ্গল অদু য়ৌনা ঐগী শৈরেংনা উৎলুবা ঙম্বদি ওইথোক্তে। মনাক নক্পুবা ফাওবা ঙম্বা নত্তে। ঐগী লাইরিক্কী মিংথোল ওইরিবা অতেনবা শৈরেং ৪ গী সিরিজ অসিদি— চুম্নগী ফাগী মচা অমনি; ইচম চম্না করেম্নজবনি। ইচম চম্না মীগী খজাইদা ঈদি থোকহন্দনা পিম্না কক কক থিন্দুনা শান্নজবনি।

অদুগা নীংশিংজনীংবা অমনা— ঐগী হান্নগী শৈরেং মচা অমদদি ওঝাগী 'মায়াপুর' মমিং অসিমক লৌজখি। হায়রিবা শৈরেং অদুদগী চাউথোকহল্লগা মায়াদেশ সিরিজগী

অহানবা শৈরেং 'মায়াদেশ-১' পোক্লককখিবনি। পরেং ৫ না শাবা 'লিমরিক' কী মওঙ লৌবা (চপচানদি তারল্লোই) শৈরেং অসি "**নোরোক পাতাল পৃথিবী**" গী 'গধাগা সিংহাসনগা...' মমিং থোনবা শৈরেংগী সেট অসিগী ৭ শুবা শৈরেংনি। শৈরেং অদুদি ঃ

মায়াপুরগী কোনুংদা গধা তোংদুনা লাকই
মশাদা মফি থোংদনা তৌদ্রী খোংবা অঙাং
নিংথৌনা ইঙক ঙক্লমই
অঙাংনা নিংথৌদা হংলমই
'গধাগা সিংহাসনগা করিনা নুংঙাই ইনিংথৌ ?' *(লা ঃ ৮৩)*

লাইরিক অসিগী মিংথোলগী মতাঙদা মতেক অমত্তংগা শমথজগে। ঐগী মথংদা ফোঙলক্কদবা লাইরিক্তি "মায়াদেশ" কৌই হায়বসি মতাঙ খরদা পঞ্জখি; মরূপ মপাঙ খরদা ৱাবী শাজখি। নোংমা ঐগী ইচানূপা অহলনা হায়— "বাবা, নঙগী লাইরিক করম্বা মতমদা ফোঙগনি ? মায়াদেশ মমিং অসিদি ফজে।" মানা ঐগী শৈরেংশিং পারমগনি হায়বা থাজদে; অদুবু ইচানিনা মানা ফজৈ হায়রকপদা অদুম নুংঙাই। অদুগা নোংমা ঐগী য়ুমদা লাক্লুনা কুইনা ৱারী শান্নবা অমদা হন্দক্তা লৈখিদ্রবা কাছাড়গী নহা ওইরিবা কবি কালেনজাউনা হায়খি— "ওঝাগী লাইরিক মমিং থোনবদা ময়াংলোন হেক হেক য়াওরিবসি করিগীনো ? ঐহাক্তি মৈতৈলোল অশেংবদা থোনবনা পাম্মি।" ঐনা মাগী মোতপু লুনা লৌই; মরমদি মহাক ঐগী শৈরেংবু পামজবা মীশক অমনি। (হন্দক্তা লৈখিদ্রে হায়দুনা মাগী ৱাফম্বু নুংশিদুনা থওইনা লুনা লৌরুবা নত্তে।) অদুদগী ঐনা খল্লি— মায়াদেশকী মহুত্তা মীনম্বগী লৈবাক থোনশিরা ? পামদে। মঙদ্রঙগী লৈবাক ? পামদে। খদ্রক্কী লৈবাক ? মদুসু পামদে। থোনবা য়াববুদি মমিং অতৈসু লৈতবা নত্তে; লাইরিক অমমম ফোঙবদা থোন্নীংবা মমিং অহুম মরি লৈখিবা ঙাক্তনি। "কূগী কৈথেল"; "ঐবু হাৎকনু..."; "ঐনা শিরবা তুংগী ইচানূপা য়াইমগী চিঠি"; নৎত্রগা "মঙ লপ্লোনবা অমসুং কবি"— অসিনচিংবা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা শৈরেংশিংদগী অমা খনবা য়ারমই। অদুবু হান্না লেপত্রবা মীনসু খরা খঙনত্রবা মমিং অসিদা অদুম লেপচরে।

ঐনা শৈরেংদা থমজবা মীৎয়েং অমসুং মোতকী মতাঙদদি "ভূত অমসুং মায়খুম" গী ৱাহৌদোক্তা পঞ্জখিবা অদুদগী থোইনা অহোংবা লৈজদে। হন্দক্কী লাইরিক অসিদা অপাবশিংনা মপুং ওইনা থেংনবিগদবা থিমশিংদি— কাঙলুপকী হাৎন-শুনবগী ঈরাং, মদুনা নুংদা পীরকপা চৈনাশিং; নহারোলগী লালহৌগা শাগোম্নবা অৱাবা থৌদোকশিং; ডিহ্যমেনাইজ ওইরবা ফৎত্রবা তমথীরবা মতমসিগী মীওইশিংগী শক্তম, মরমচৎ; ইচম

চম্না থাবা সমাজগী শক্তম অমসুং মীওইশিংগী কেরিকেচর; অশিবগী মরমদা খঞ্জবা অমসুং মসিনা পোকহল্লকপা মতম পুম্বদা থানবা ঙমদ্রবা পুক্নীংগী চৈনা; মহৌশা প্রকৃতি— অসিনচিংবনি।

মহৌশাগী মশাইগোন্দা ঐনা চঙজনবা তাংজফম লৌনবা তত্তনা হোৎনজৈ। অদুবু চঙবা হৌরুরগা য়ৌশিনবা ঙমদনা মায় লৈদুনা হেক হেক থোরকই। ঐনা খঞ্জে— মহৌশাদা তশেংনা চঙজবা ঙম্লবদি পুক্নীংগী শান্তি ফংগনি; অপেনবা ফংগনি পোত্থাবা ফংগনি। অদুবু প্রকৃতিগী নুংগা ঐগী নুংগা অমত্তা ওইনা তিন্নজবা ফংবদি অরায়বা নত্তে। মসিদি খঙঙম উঙমদ্রবা নুংগী মরী অমনা চিংশিল্লবা, পুন্সীদা হাকথেংনরকপা থৌদোক কয়ানা ফীভম কয়ানা অমসুং তাইবঙপানববু খঙলু উরুবগী পাক্লবা এক্সপরিয়েন্সনা ওইহল্লক্কদবনি খল্লি। পুন্নমক্কী মথক্তা অচেৎপা থাজবা লৈবা তাই— রাখলগী রাংমদা লৈবা নুংগী ওইবা করিগুম্বা পোৎশক অমদা, শক্তি অমদা। ঐদি আত্মাগী কন্সেপ্টতা থাজবা ঙমদ্রি; ঈশ্বরবু থাজবা ঙমদ্রি। ঐগী মাঙদা থোঙ অহুম লৈরে— আত্মা, ঈশ্বর অমসুং প্রকৃতি। থোঙ অনীদি হৌজিকসু লোল্লি। অমদি হাংলে— অদুবু থোঙজীন কানশিল্লগা মনুং য়ৌশিনবদি ঙমদ্রি হাংলবা থোঙ অদুদসু।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা শৈরেং খরদি— চহী খরগী মমাঙদদি ঐহাক্না ইবনি হায়না ফোঙদোকপদা শাথীনা ঈকাইবা পোক্কনি। মখোয় অদু খরনা চবৎনবা, পত্থবা, তেংথা নাওইবা ওইনা থোক্কনি নীংই। খরনা ট্রেডিসনেল ষ্টাইলদা ইবা, কন্ট্রাইভ্যান্স য়াওবা অমসুং অঙাংগী টেক্স বুক্কী শৈরেং মানবা ওইনা থোক্নুনা ঐগী মরূপ-মপাওশিংনা নোক্লগনি খল্লি। শৈরেং ইদবা ঙমদদুনা অসুম অসুম লেপ্তুনা ইনবা হোৎনবনি। ইরুরবনিনা অমুক হুন্দোকপা ঙমদবনি। থাঙ্গৈশেংনা পামদ পামদ্রবা শৈরেং খরদি লাইবিক অসিদা হাপচদ্রবনি। অদুগা শৈরেং খরদা থিম হঞ্জিনবা, রাহে রাতা ফ্রেজ, ইমেজরী অমসুং সিম্বল হঞ্জিন্না শীজিন্নবসু থেংনবিগনি। মসিসু ঐগী দোষনি। মীঙোন্দদি ঐনা অহে অপা শাদুনা সমালোচনা তৌগনি। ইশাগী মতাঙদদি খঙনা খঙনা শোয়দবা ঙমদ্রে। মীঙোন্দদি হেঞ্জিন্না চাশিনগনু হকচাংগী য়েংউ ডাইটিং তৌগদবনি হায়রগা ইশাদি ঙাকপা ঙমদনা হেঞ্জিন্না পঙচাদা চাশিনবা অদুগুম্বনি। ঙাকপিগনি।

লাইরিক অসি ফোঙনবগীদমক রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালদগী শেলগী মতেঙ ফংজৈ। ফার্ষ্ট ইন্সটোলমেন্ট ওইনা ফংখিবা শেলফম অদু ঐগী ইমুংগী অচিনবদা শীজিন্নদুনা লোইথোকখ্রে। মতম চানা পুথোকপা ঙমদবা তারকপদগী ঐগী ফীভম অদু খঙবিদুনা ঐগী ইনাও শ্রীরাজকুমার ব্রজেন্দ্র সিংহনা মরম্নাইগী ওইনা অচঙবা শেল পুন্নমক পুথোকপিদুনা পব্রিসর

ওইবগা ফোঙবিবনি। ঐগী **"অপাইবা থবায়"** গী ২ শুবা খুৎনমসু মানা ফোঙবিবনি। শ্রীব্রজেন্দ্রনা 'বাজ পব্লিকেসন্স' কৌবা অফোঙলুপ অমা লিংখত্তুনা চহী খবা অসিদা মশাগী লাইবিক মবি থাবগা পুন্না লাইবিক ৭ ফোঙখ্রে। হৌজিক খবা অমসু ফোঙনবা থৌবাং তৌদুনা লৈবি। শেন্দোং ফংবা কাববাব নত্তবা, শেল মাঙবা, মতম মাঙবা, ওইজবা শীৎপা থবক্তা মানা থবায যাওনা হোৎনবিবসি অতাঙবা অমনি। সেবাগী রাখলনি খনবা ঙমদ্রবদি অসিগুম্বা থবক অসি মী অমনা পাক তৌবা ঙম্লোই। কন্নাগুম্বা অমা ওইবন্নবদি মী অতোপ্পগী লাইবিক ফোঙবদা থাদগদবা শেলফম অদু শান্দোক্লগা শেন্দোই চাউনা চাবম্বা যাবনি। মাকন্তি লৈনবা, চেক্কী যুম শানবা থৌবাং তৌবমগনি। ঐগী ওইনদি মহাক্কী চাউববা লম্মন কয়া তোনশিল্লে হায়জনীংই। পুন্সী অসিদা পাক শিংবা ঙমগনি থাজদে।

লাইবিক অমা ফোঙবদা প্রেসকীসু চাউববা থৌদাং লৈবি। লাইবিক অসিদ পুথোক্নবা হোৎনবদা মওঙ কযাগী থৌদাং লৌবিখিবা পদ্মা প্রিন্টর্সকী ইচীন ইনাওশিংবু থাগৎচবি। শেলগী তেংবাং পীবিবিবা বাইটর্স ফোবমগী থৌ পুবিবিবশিংবুসু তৌবিমল খঙবা উৎচবি। অবোইবদা মখুমগী লাই যেকপিবকপা নহা ওইবিবা আর্টিষ্ট শ্রীরাই গুণিন্দ্র সিংহ অমসুং প্রুফকী ফাইনেল বিডিংদা তেংবাংবিবা ইনাও ডাঃ ইকুংবম দেবেন সিংহবু থাগৎচবি।

লাইবিক অসিবু কথোকচবিবা এল ইবাবত সিংহবু সাহিত্যগী থবক থৌবমশিংগা মবী লৈনবা মীওই অয়াম্বনা মশক খঙবিবমগনি নীংই। মহাক মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফালগী চহী কয়া ইকজিক্যুটিব কমিটিগী মেম্বব অমসুং টার্ম অনীবক জেনবেল সেক্রেটবী ওইখিবা থবায যাম্না যাওবা কর্মী অমা ওইখিবনি। ঐগী লৈকায তিন্নবা, মতম শাংনা নুংশিনা লোযনজখিবা শাগেগী ইখুবানি। (ঐগী অশেংবা শগৈ লৈশাংথেম্নি, ইপা ইপুগী শিনফমদগী থাংজম হাযখিবনি।) মহাক মে তাং ২, ১৯৯৮ দা লৈখিদে। অদুগা মথক্তসু পঞ্জখিবা কালেনজাউ সিংহ কাছাডগী বডখলাগী ববৰামপুবদা পোকখিবা নহা ওইবিবা কাছাড লমদমগী মমিং লৈববা কবিনি। মহাক মশাগী চহী ৪২ শুবকপদা সেপ্তেম্বব তাং ৬ ১৯৯৯ ই., নিংথৌকাবা নুমিত্তা লৈখিদ্রে। মখোয অনীগী মফমদা থম্মোয শেংনা কচ্চবনি। লৎনদনা লৌবিগনি নীংই।

**থাংজম ইবোপিশক সিংহ**

বাংখৈ, থাংজম লৈকায

ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১

*(নবেম্বব ১৯৯৯)*

# য়াওরিবশিং

# অঙৌবা চে/অমুবা মূক

### ১ - অইবা

ঝাহৈ অমদগী ঝাহৈ অমা ঝাহৈ অমদগী ঝাহৈ অমা

পবেং অমদগী পবেং অমা পবেং অমদগী পবেং অমা

তৎল শম্ন তৎল শম্ন

কেনখবে মকোক্তগী লেমহৌবা মশম

কোক্তাঙবা লেখক্কী।

### ২ - সম্পাদক

নৃ[illegible] পাযখৎলি

ছেনি পাযখৎলি

ঝাহৈগী মাযাদা

অর্থবু নৃংঙৌনি খন্দুনা।

### ৩ - প্রুফ বিডব

ঝাহৈগী মযেক্কী চান্নববা মব্দপ

ফংলকপা মহৈনা 'প্রিন্টর্স ডেভৌল

ছাপাগী শাইওন্দা

(অবাবনি)।

৪ - মেছিন মেন

মখূৎ মাশা মোৎচববসু
থোবকপা মতমদদি নান্দবা যাদে মমাহ
(মিড বাইফ)।

৫ - লাইবিক থোবকপা

কটা পতঙ্গ ।

৬ - বুক বিলিজ

(সভাপতিগী য়াবোল)
লাইবিকসিগী ফজবা অপুম্বা
অইবা মশাদা থাগৎপিহ
অর্থাবা অবানবা
কম্পোজিটবদা তাইনবিয়ু

৭ - পাঠক

অপাবনা মপু ইবুংঙোনি
মবমদি পাদ্রবসু মাদি
মপূক হাঙবা লৈতে।

৮ - সমাপ্ত

কৈথেলদা থোবক্লে কবি
শেৎলদুনা মকোক্তা থোঙগ্রাও।।
(২৩ মে ১৯৮৮)

# অশিবগী খনবদা

অশিবগী মবমদা খনবদা

অশিবগী মবমদা রাবদা

কবিবু কান্নবগে ॰

মীওইবা মীওইবা মীওইবা

ওইবঙ মীওইবসি যাম্না শোক্লি

মাগী ওরোইবা অন্তকালগী মতম্না লাকপদা।

অদগী অমুকসু

মীওইবা

যাম্না কল্লি মাগী মথবায

মাগী হকচাং

অশিবগী লান খেংনবদা

শিদ শির্দনি মতম লোইরে খল্লুববা কয়া কয়া

হিংদুনা লৈবি হৌজিকফাওবা

খবাযগা হকচাংগা থাইনবা ভুমদনা

কুম লায়না ওইনা

থপ থপ চিংদুনা।

ইথা থাজদনা মী কয়া অমগী চঙ চঙ লাউবা হকচাংবুনা

অশিবগী খাযাত্তা পোপ তৌখ

(উথক্তগী উহৈ কেল্লকপওম্না)

মঙ-হাওম্না

মীৎনা কুপ্পদা।

সিনি হাযফম খঙদবা অশিবা অসিগীদমক

তম্বা ঙমদবা অরোইবা মতমগীদমক
করিবু কান্নরি ৱারুবগী
করিবু কান্নরি খল্লুবগী ?

অসিমদি অচুম্বনি ঃ
লাইনা শেম্বা মীওইবা নত্তে
লাইনা শেম্বা অহিংবা নত্তে
লাইনা শেম্বা অশিবা নত্তে।
মীনা শিবা নৎত্রগা হিংদুনা লৈবা
লাইগী নৎত্রগা নোংদম্বা বিধাতাগী মখা পোন্দে।

মীৎনা কুপ্পদা হোংবা যাবা
অশি অচঙগী খেনফম
ঐনা খঙবা ঙমদে
নঙনা খঙবা ঙমদে,
ঐনা লেপ্পা ঙমদে
নঙনা লেপ্পা ঙমদে,
তাঞ্জা তাঞ্জাগী মখা পোল্লি।
অদুগা মসি লাই নৎত্রগা ঈশ্বরনা
হান্না য়াৎথ্রবা থৌরাংসু নত্তে।

মীওইবা মীওইবা মীওইবা
মুন্না খল্লুরবদি মীওইবগী
হিংবগী মমলসু কান্নদে;
নুপীগী ইচাগী নৎত্রগা ইমাগী ইপাগী নুংশিবা
লৈতে করিসু।

চহী চা কয়া কয়া হিংজনীংবা
পুন্সীবু অমৃতগী চফুগুম্না কোঞ্জদুনা চুপচনীংবা

ফজবা নুপীদা অমসুং শেলদা
অকে অমৌদা লুপচবা
অহাউবতা চাবা
ফজবতা শেৎপা পাম্বা
ঐনা শক খঙবা নীপা অমা
(মাগী মমিং ঐহাক্না 'যযাতি' থোল্লি) ঃ
চৎখবে ইখঙ খঙহৌদনা
অবোইবা খোঙ্গাও কাওবম্নগা
বি পি গী 'ষ্ট্রোক' অমদগী।
মহাক্না মপুঙ্গী চুপ্পা ৱানা তাঞ্জবা লন মপৈ
(পাঙ্গলনা মহৈনা
নৎত্রগা শেন্দোই চাদুনা হূবান্দুনা)
চাউববা চেক্কী যুম মথোন কযাগী কোনুং
মমল যাম্লবা কাব মযাম
সনা লুপা মণি মুক্তা
মীনায মীশন
পুখিদে অমত্তা।
মানা মপুঙ্গী চুপ্পা থৱাযদগী হেন্না লুনা খঞ্জবা
নুংশিববী শোল্লবী মমা
ফজববী নুপী অঙ্গবা মানবী
মচা নুপা মচা নুপীশিং
মতুং ইন্নখিদে অমত্তা।
চৎখি কাকুম কাকুম্লবা হকচাংদা কোগোক কোক্লা
তুক্কৎচববা শকফমদা
ফীজোল যাওদ্রবা 'যযাতি' মতোম্মতা।

*(২৬ মে ১৯৯০)*

# অপীকপা পাম্বী

অয়ূক্কী মেঙলবা নুংশাদা লৈক্লানা চোংলবা মালেমগী নৌববা শিযোম্লুংদগী তাইবঙ মিতমদুনা পোকখিবনি ঐহাক। নুমিৎযুংবা মতমদা নুমিৎনা কোক্তোন লোম্লকপদা যাক্লবা নুংশাগী মৈশাদা পখিগনি শোল্ল নৌববা ঐগী হকচাং।

কুমগী নোংনা চুবকপদা অচোংপা লৈবাক্কী নুংশিববা মনম্না শন্দোক্লবা মালংদা অনৌবা ফীজেল হোংগনি উমংনা উপাল বাপালশিংনা। মশাগী অকন্বা মপোৎ মবস্তবু পুজবদা পেঙ্গগনি মখোয়দো। (উহৈনা চূম্লবা হৈপালনা কপ্পবা।)

নোংগী মৈপ মৈপেনা নুংশিংনা তাম্বা চানবা জগায় শর্বি, চেগ্রাগী শঙ্খ শঙ্খনা শাগাল তূফাঙ খপ্তুনা ঈশৈ শক্রি, নিক্লেনে মালং নোংলম।

কবিগুম্বা ঐহাক্লা যেন্নাং হুনবা ঙমজববা অনৌবা মপোক্তা অনৌবা পাম্বী ওইনা অমুক হন্না, কযাদা পেঙ্গগদবা।

পুঙ্গীবু ঈখৌবাংবনা হৌজিক্তি তক্তনা চিংশিল্লি নুংশিববা লেবাক্কী মনমদা। উবেনে মাঙদা অশূকপা উমং পাক্লবা উমং মঙলানগী অশাংবা ঈপান। ঈথক ইপোম হৌবি।

*(২৫ নবেম্বর ১৯৯০)*

# নীংশিংলক্রে

ঙসি ৱাকচীংগী ঈংলবা অহিংসিদা
ইথা থাজদনা
লেপ্তনা চূবি নোংনা,
অদুগা কংলবা ঐগী থম্মোযদস্
কদোমদগীনো ইখঙ খঙহৌদনা
লোন থোক্ত্রবা মীৎকী পি ঈবীকশিংনা
ৱা ঙাঙলক্রি।

ঐগী যুমথংনবদা
কীন্থববা ইগী যুমদা লৈবা ইমুংদা
মমাগা মচাগা খৎনবা
মচীন মনাও খূৎ থোক্লবা
অৱাবা ৱাবী অকিবা যেংহৈদ্রবা থৈদোক
ঙসাই অযুক্তা থোকখিবা
নীংশিংলক্রে।

ঐগী ইমুংদনা
অনাবা অমগী মথংদা অনাবা অমগী
নাহেখোন্না নিনখিবা হৌখ্রবা মতমশিং ঃ
মখোয লাক্রে অমুক হন্না
মশক যেংনীংদ্রবা অতিথিশিংনা
মতম চাদনা থুংলবগুম।
(ঐখোযগী যুমসে অনা শঙনি, নৎত্রগা
মীথুংশঙনি পাৎল পুন্নবশিংগী।)

নীংশিংলকই ঃ
অহল ওইরবী ইবেমবোক্লা
(মনমদা ঐহাক চাউখিবা
ঐবুতা পোবদা মখ্বাঙ তিংখৎপা ঙমখিদ্রবা,)
ইপুবোক্লা,
ঐগী ইপানা,
থবায়গা হকচাংগা থাইনবমদাইগী মীৎকুপশিং।
অকনবা নোংলৈগী শহুমদা
চীংমাযদা য়েশিন্দুনা তারবা
মাশা তেক্লবা উচেকশিংনা
অবেন্থইবা যাহীপ তানখিবগুম ঃ
উবক্রে মথং মথং,
ওন্না থোন্থইনা থাঙখি
অযো নাহেনা নিনখি
মংশোক ফম্মেন নীকখি।

নোংমা
মখোয়গী লোন থোক্লবা মীৎকী পিবাংগী
মপাউ তমখি ঐগী শৈরেংশিংনা,
হৌজিক্তি ঐঙোন্দা হল্লক্লুনা
বা হাযবরে অমুক হন্না।

তাইবঙপাননবগী অরানা রাবীশিংগা
ঐগা কবি থোক্লবগে ঃ
হাৎন শুনবগী মীশি মীনাগী পাউশিং
য়েংনীংদ্রবা শক্লমশিং
তারক্লে নাকোংসিদা
উরক্লে মীৎসিদা মথং মথং
মঙদা উবা মুর্ত্তি ওইনা।

কনাগুম্বা নুপী অমনা
অমত্তা পোকচবা মচানীপা
মথবায়দগী হেন্না পাম্মুজবা
তমথীবা মীহাত্তা লানখিবদা
ঙাওনা ফৈনা কোঙবা
ঈখেং তাববা হকচাং অদুবু,
মপুবোইবা কায়নবদা বাহুবিবা নুপী অমনা,
মচাশিংনা, অহল ওইববী মমানা, কপচবা চোংজবা,
অদুগা ঐগী নুংশিববা মকপশিং,
তাইবঙপান থাদোকখ্রবা,
উবক্লে মীৎসিদা পবেং পবেং
মিংশেলদা তাবা মমিগুম্না।

তাইবঙপানবগী অৱাবা খ্রাবৌশিংগা
ঐগী কবি খোক্লবগে
ঐগী কবি খোক্লবগো?

ঙসি অহিংগী লেপ্পুনা চুবিবা নোংগী পিলা-না
থমহংলে ঐগী নুংগী থম্মোয
পেৎলক্লে,
মবোল খোক্লক্লে
অকংবা উনাশিং অকংবা উশাশিং
নীংশিংবগী খুৎনা শোকপদা।

*(১৮ ডিসেম্বর, ১৯৯০)*

# মৈগী চীং

মখোয়গী মরক্তগী খবনা হায় ঃ
মৈগী চীং, নঙ তূমদুনা লৈয়ু পোকখায়বা য়াদে
মৈগী চীং, নঙ তূমদুনা লৈয়ু শাউবা য়াদে।
মখোয়গী মবক্তগী অতোপ্পা খবনা হাযবকই অমুকস্ু ঃ
লাভা, নখোয় তূমদুনা লৈযু হৌগৎপা যাদে
লাভা, নখোয় তূমদুনা লৈয়ু অশিবা ওইযু
হৌগৎপা সুংয়া য়াদে।

থোঙগী পৌরোল থারবা মন্নবা পোনগী মনুংদা
করম্না খাঙগনি মমীৎ উইশিন্দুনা মখোঙ পুনশিন্দুনা
নোংমদোনগী অশেংবা নুংশিত্তা মনীংতম্না পাইজনীংবা
পীক্রিবা লাইগী মচা উচেকশিংনা?

অমোৎপা হৈথৌ অমাংবা হৈথৌ
অরানবা পাপকী মপৈ মপৈ হৈথৌ,
তুংদা লাক্কদবা মীরোল কয়াগী য়াওনা
পুন্নবা সমাজ অমা শেন্নম্মু;
অদুগা হায়যু ঃ মৈগী চীং, নঙ পোকখায়বা য়াদে
লাভা, নখোয় মীৎকপ থোকপা য়াদে!

পলেম পষৌশিংগী মমীত্তা ঙরাংতগী নাবা ওইজরিবা
পাম্মুরবা ফীজিগী লনশিং,
লাইরিক খাউগী মহত্তা খুত্তা খুৎলাই পায়দুনা
পলেম ওইবীশিংগী মীৎলুদা

পিরাংগী ঈরীকশিং থনম্লগা
কদায়দা চৎখরে মখোয় ?

অমোৎপা হৈথৌ অমাংবা হৈথৌ
অবানবা পাপকী মপৈ মপৈ হৈথৌ,
অদুগা যেংউ অদুগা যেংউ নমীত্তু পেন্না ঃ
অথাপ্পা মী তাদ্রবা চীংয়াদা
পোনগী ৱাংমা লান্না পাইথোবকপা
শেংলবা লাইগী মচা উচেকশিংনা
শাদানবগী নোংমৈ মক্না পান্দুনা
মশাদা ঈখেঙ শীষ্টবদুনা
শাগল তূফাংশিং হীকথবদুনা
হীকহৈবা খোঞ্জেলদা খোংলম্লগা
চাংঙবাক্কী ঙাঙলৈনববা উফুল্লক্তা ওন্না থোইনা খাঙলম্লগা
অবোইবা খোঙচত্তা চৎখিবদু।

মপাল নাইদ্রবা অশংবা নোংমদোনবু ঈখৌলাংজবগী
থনম্লে মঙলান অমা
মঙবা লোইশিন্দনা।।

*(১১ এপ্রিল ১৯৯১)*

## মায়াদেশ - ১

মাযাদেশকী কোনুংগী লম্বীদা
লমহেনবা অঙাং চাউনুনা
গধা তোংদুনা লাকই
খুদৈ শেগাযবা শেত্তুনা।

মাযাদেশকী নিংথৌ লাইনিংথৌ
লম্বীদা লৈবা তুবেলগী মপান্দা
উবোক থোংগী যাত্রা হুন্নমই
লৈবাক মীযাম্না যোমদুনা
বাঝাই বেঙ্গুন খোংদুনা।

মাযাদেশকী নিংথৌ লাইনিংথৌ
য়াবেম ভাষণ পীবা
য়াশক পবেং লেংবা,
থোং শাবদি হৈতবা
যাত্রা হুনবতা মহৈবা।

অঙাংনা নিংথৌদা হংই ঃ
"ইনিংথৌ, গধা তোংবা ঐগা
সিংহাসন্দা ফম্বা ইনিংথৌগা
কনানা নুংঙাইবা হেল্লি?"
নিংথৌনা খুম্মি ঃ
"গধাদি শক্তীক চায
সিংহাসন্দি চাদে শক্তীক।"

অঙাং চাউনু মোমোন নোকই

অশিংবা নিংথৌসু নোকই

অতাবা প্রজাশা ঙকই।

অঙাংনো মখা তারকই ঃ

"ইনিংথৌ, শজীক চাদবা সিংহাসন্না

শেল চায় সনা চায়।

শেলগা সনাগা অনীসিবু

উথক্তা পানবরা লাইনিংথৌ?"

(২৫ মার্চ, ১৯৯৩)

# মায়াদেশ - ২

মরুভূমিগী ময়ায়দা গঙ্গা তুরেল চেনবরা?

—চেন্দে।

স্বর্গগী লৈকোন্দা লৈকোলগী ফজবা পুখ্রীদা
থরো থম্বাল হৌবরা?

—হৌদে।

মায়াদেশকী কোনুংদা কোনুংগী সনা হৈবা যৃমথক্তা
নোং তাব্রা?

—তাদে.

কোনুংগী মনুংদা নিংথৌগী কাঙ্খদা লৈবা
হক্কী ঈশিং য়াওবা খুদেংদা তাই।
টোটি ঈশিং কদায়দগী লাকই?
খুদেং অদুদগী লাকই।
ইলেক্ট্রিক্কী মৈ কদায়দগী লাকই?
'মৈরা পায়বী' গী মৈরাদগী লাকই।
চেঙ-চাক চিনিদি কদায়দা ফংই?
ফংই কোনুংগী যৃমথক্তা।
মায়াদেশকী মায়াদা
থৌরীনা লিন ওনবরা
লিন্না থৌরী ওনবরা?
খঙদে; চেঙ চিনিদি লৈঙোই ওল্লি;
অদুনা নিংথৌদি কৈসু চাদে
প্রজাদি লৈঙোই চাদে।
নুংশিত্তা য়োৎপী য়াওই।

*(২৫ মার্চ. ১৯৯৩)*

# মায়াদেশ - ৩

ইরৈবাক্কীদমক শিবা ঙমদে
ইরৈবাক্কীদমক হিংবা ঙমই;
ইরৈবাক্কীদমক হিংবা ঙমদে
ইরৈবাক্কীদমক হূবা ঙমই।
ইরৈবাক্কীদমক হূবা য়াবা হূরগা
অমুকসু ওক্তদুনা হন্দুনা হন্দুনা ঙাঙজবা ঙমই।

দেশ দেশ খূদিংদা
ওইরি খদ্রক্কী দেশনা জয়।

*(২৫ মার্চ, ১৯৯৩)*

# মায়াদেশ - ৪

চীন অমত্তা যোনগে
চীন অমত্তা য়োনগে।
ক্কাক ক্কাক ক্নাগী মচীন্নো
ক্কাক ক্নাগী মচীন্নো.
ওঝাগী মচীল্লা কোক্তাঙবা পণ্ডিতকী মচীল্লা
কবিগী মচীল্লা কৃটিক্কী মচীল্লা?

নত্তে অমত্তা
চবে'ইবম মন্ত্রীসিংগী মচান্নি।

(১৫ এপ্রিল ১৯৯৩)

## পেটরনিটি

চহীসু ঐনা হল্লি মাদি অভাংনি

ফনেক শেন্তে হায়বা নন্তে ফনেকসু শেৎলি

(ঐগুম্না খূদৈ শেৎপা নন্তে নামৈ থাদুনা)

ঐগী নূপীদা ঐনা নোংমা

পাজি কৌই;

অদুদগী থাগী পে হংলক্রে।

(২১ অগষ্ট, ১৯৯৩)



# শান্তিগী উচেক

হলো-হলো-হলো
টু জিবো জিবো সিক্স সেবেন জিবো
হলো-হলো-হলো,
চেঙ পামদে হৱাই পামদে
শেংনবা ফি-বোল পামদে
হলো-হলো—তাবিবিব্রা?
শীং পামদে থাউ পামদে
মৈগী দবকাব লৈতে।
হৌজিক্তি মৈনা খ্বাইদগী হোঙলে লৈবাকসিদা
মী পূন্নমক্কী মযাদা মৈ হৌবে।

হলো-হলো-হলো
কবি পাম্মি—হলো
শেল পাম্রা সনা পাম্রা
লূপানা মৈ মূৎথৎপা যাগদ্রা হলো?

হলো-হলো-হলো
শান্তিগী উচেক পাম্মি
মচীন্দা শান্তি চেনবা উচেক।

ওঃ শান্তিগী উচেক হাযব্রো
অশান্তিগী উচেক হায়ব্রো?

নো-নো-নো

অশান্তি নত্তে ওং শান্তিনি;
একতাগী উচেক শান্তিগী উচেক।

শান্তিগী উচেক পাইখ্রবনি।
শান্তিগী উচেক একতাগী উচেক অমত্তনি;
মখোয় অনী 'সিয়্যামিজ ট্বীন' নি
মবুক্কা মবুক্কা শম্নবনি
মমায়গা মমায়গা নপশিন্নবনি।
কাশ্মীরদগী পঞ্জাব লাম্লগা মথং মথং
আসাম ফাওরগা নাগালেণ্ড ফাওরগা মণিপুরদা থুংনবা
নহান্না থাখ্রে পেকিং তৌরগা।
মবুক্কা মবুক্কা শম্নবনি
মমায়গা মমায়গা নপশিন্নবনি;
নীংথিনা ককথৎলু মচীন্দা শোকহনগনু!

*(২৩ সেপ্টেম্বর, ১৯৯৩)*

# উচেক অমগী অৱাবা

উচেক অমনা কোয়না কোয়না পাইকৈরগা
তোংই সনাগী মকুপ্তা
সনা মকুপ পক্লকই মখোঙদা,
লুপা মকুপ্তা তোংই
লুপাগী মকুপ পক্লকই;
অমাংবদা তোংই উচেক্কা অমুক
অমাংবা মকুপ পক্লকই মচীন্দা।
ইনক নকপদা
অকংবা খোংনাংগী মখোঙদা
লৈশৌ হাবুং মনাক্তা ফমদুনা
মমীৎ উইশিন্দুনা ধ্যান তৌরিবা
হামুক তৈরবা সাধুগী মকোক্তা তোংদুনা
য়েংই উচেক্কা অমুক;
অদুবু পক্লক্তে পুণ্যদি।
ঈঃ কবিনো মসিদি?
পুণ্য হায়বসি করম্বঃ পোৎশক্লো
মহীরা মনিল্লা মনম্লা
অখাবরা অয়াকপরা অকাবরা?
খনবদা থোক্তে অপঙবা উচেক্কা;
মসিনি মহাক্কী অৱাবা।

(১৭ মার্চ, ১৯৯৪)

# শক্তম

কুইর কুইরগা কোক্রকই
ঐগী শৈরেংগী ফাজোলশিং ঃ
কোনার্ক খাজুরাহো নংত্রবসু
কুমারটুলিগী শাবা লোইশিন্দ্রিবা লাইরেম্বীশিংগী মূর্ত্তি।

অদুনা অঙৌবা ৱাহৈ অমুবা ৱাহৈ
নুজাগী অঙৌবা থা মানবা
ঙাংলি ঙাংলিবা ঙা মানবা
নংত্রগা উনা মানবা ৱাহৈশিং
শান্নে ঈশিংদা নুংশিত্তা
নোংমদোন্দা।

চীংগী অশংবা উচান মনাশিংগী মবক্তা
সনা খোংনাংগী হাইগৎলকপা পাম্বোমশিংদা
লিরবা হৈনৌ পাম্বীশিংগী
তাংথক নাইবা হকচাংশিংদা
অঙৌবা ৱাহৈ অমুবা ৱাহৈ
নংত্রগা তঙাং তঙাংবা ৱাহৈ
তত্তুনা উই।

নুমিদাংৱাইগী ঙাত্ত্রানবা নোংমদোন্দা
লৈচিলগী তনিক তনিকপা ইপোমদা
লৈদুনা থেক্তুনা হাইদুনা
উচেকশিংনা পাইদুনা শান্নে

উরোকশিংনা পাইদুনা শান্নে
অঙৌবা লৈইশিং শেমদুনা
ঐগী শৈরেংদা।

নুংশিংকী ঈথক্তা উনাশিংনা লেঙবা হাইবদা
মমিশিংগী শক্তম্না তিংথৌ থক্তা তাবদা
অঙৌবা অমুবা নৎত্রগা তঙাং তঙাংবা,
কোনার্ক খাজুবাহোমক নৎত্রবসু
কুমাবটুলিগী শাবা লোইশিন্দ্রিবা লাইরেম্বীশিংগী মূর্ত্তি
থিবি তত্তনা ঐনা।।

(১৭ মাচ ১৯৯৪)

# ঐনা শিরবা তুংগী
# ইচানুপা য়াইমগী চিঠি

বাবাজী,

(হান্নদি বাবাখক্তং কৌবমই

হৌজিক্তি 'জী' অমা হাপচিল্লে

অশিবা মীগী মমিংগী মমৈদা জী নপ্লে,)

নঙবু স্বর্গদা লৈববা

নোবোক্তা লৈববা

নংত্রগা লৈববা মালেমদা

লানবা ঙমদদুনা নঙগী থবায়না?

স্বর্গদা লৈবমর্গনদি থাজদে,

মবমদি লাই থাজদবা মীনা

খক চঙদে লাইগী থোঙদা।

মালেমদসু লৈতে নঙগী লৈফম,

মীনা য়ানবা চৎপা ঙমদবা মীগীদি

লৈতে লৈফম মীগী মবক্তা।

নঙনা হায়খি ঃ

"ঐদি মীওইববু লোইনমক নুংশিবা ঙম্বা মীশক নত্তে

নঙগী নুংশিবা মী

নঙগী নুংশিদবা মী

শেংনা শেংনা খায়দোকই

শেংনা শেংনা হায়দোকই।

অখাবা অয়াকপা অথুম্বা

শেংনা শেংনা খায়দোকই নঙনা।

(খেন্নবা অদুবু করম্না খঙবা ঙম্বগে?)

ব্রোঙ ব্রোঙ শৌরবা অশাবা ঈশিংবু
শানা-শানা অদুম থকই
অঙ্গৈবা খক য়ান্দে;
অঙ্গৈবা ঈশিংসু ঈংনা অদুম থকই
উনমুক ঈংনা ত্রৎ চিংশিন্না।
(অদুনা বাবাগী মরৈদি
অমনবা খোঙউপকী ময়ি চৎলবা চেকখায়রবা শঊনগী পাংখক্লি।)

নঙনা হায়খিবা ব্রা নীংশিংলি ঃ
"ঐনা মীওইববু
করিগুম্বদা কা-হেন্না নুংশিবা ঙম্মি
করিগুম্বদা অমুকসু শাথীনা তাথী, কিদবা ঙমদে;
নক্লবা মরী মতা পোকমিন্নবা ইচীন ইনাও ফাওবা
তমথীবা শা ওইনা উরকই।
ঐনা মীবু অমত্তা ওইনা মান্ননা খক
নুংশিবা ঙমদে!"
বাবা নঙনা তত্তনা হায়খি।
মদুদা ঐনা হায় ঃ
"মীবু নুংশিবা ঙমদ্রবদি
করিগী শৈরেং ইরি?
শৈরেংদি নুংশিবগী পাউজেলনি।"
নঙনা হায় ঃ
"মী পূন্নমকপু তশেংনা নুংশিবা ঙম্লবদি
ঐহাক সন্ন্যাসী ওইরমগনি।
সন্ন্যাসী ওইবা ঙমদবনা
শৈরেং ইবনি।"

অদুদি বাবা নহাক নোরোক্তা লৈবরা?
নোরোক্কী মহাওদি হিংলিঙৈদা হান্ননা চুপখ্রে;

নোবোক্কী থোঙজাও হাংলবসু
নতুং ওনশিনগনি নঙনা
(ফীজোল য়াওদ্রবা কাকম কাকল্লবা নঙগী নতুংনা)
অথীবা বাহৈনা চৈবদুনা।
নংত্রগা মবক্তা লৈববা সুন্দা হাইদুনা—
মথক্তসু কাদনা
মখাদসু কুমদনা
'ত্রিশঙ্কু' ওইনা?

হিংলিঙৈদা খঙখিদে নঙগী অশেংবা নশক
শিবগসু খঙবা ঙমদ্রে নঙগী তঙ-তাবা লৈফম।
অদুবু বাবা নহাক নোবোক্তদি তারোই
হিংলিঙৈদা অশিবগী রাখলদা লুপ্পা
শিবগা লোইবা মাওইবগী পুন্সীনি তন্তনা খনবা
য মুক্না থবক [illegible] তৌখিদবা
[illegible]গী মাঙনবা খনখিদবা
পাপ পুণ্যগী খেন্নবা খঙখিবা
ত্রৈখোয়গী বাবানা
কবিগী নোবোক্তা তাগনি?

(১৯ মার্চ ১৯৯৪)

# কোকিল

কোকিল কৌবা কবি
কবিগীনো নহাক্কা নচীন থীবিবা
নরাহৈ লৃদ্রিবা ?

ঐহাক পোক্লকপদা ইমাগী মচীন্দগী তাবকই
চাউবকপনা কাক্কী মকোন্দা।
ঐখোয় ইমাগী মচীন্দা ময়া হৌদে
রাহৈ হৌই

(১২ ম ১৯৮৭)

# ডালি, হুসেন, নথত্রগা
# মঙগী মনম নুংশিৎকী মচু

১

রাঙভুদগী মাম্মনা হংই ঐঙোন্দা ঃ

কুমসিগী ফৌ শঙপায় কয়া য়ানশিল্লে?

ঐনা হংই মরূপ কেশোদা অমুক ঃ

হন্দক থাগী শৈরেং কে. জি. কয়া ইরে?

ইর শেগায়, ইর শেগায়, ইর শেগায়

ইর শেগায়,

কেশিয়ার অমনা হন্না হন্না মশীং থী লুপা চৎপী অমনবা

পদ্রৎ পদ্রৎ লাউরবা নোটকী চবুন অমা

লীশীং অমা...

চাত্রেৎ...

শুপ্পা তরামাথোই...

পুং অমা মিনিট অনী সেকেণ্ড তরাগা মঙা চঙনা।

অদুদগী থীবা পূম্নোই লোইরগা ডিটোলনা মখূৎ

শেংনা হামদোক্লগা,

অমমমতা ওইনা চাথোকই নোটশিংদু।

২

চুম্মি, কবিনা হায় ঃ

নুংশিৎ শীত্তনা উনা লেঙদে।

চুম্মি, ঐনসু হায় ঃ

নুংশিৎ শীৎলবসু নুংশিৎ শীৎত্রবসু নোং চুরবসু নোং চুদ্রবসু

খক লেঙদে উনা

উনা পান্দ্রবদি
মরু কোক্লবা উদা।

৩

মীগী বাখল ঙাঙথোবকপা বাদগী খঙই
ঙাঙথোক্তবা মীগী পূক্নীংগী ব্রাদি
মমীত্তগী খঙই,
অদুনা ঐগী পূক্নীং লোৎশিন্নবা
অমুবা আনোক উপশিল্লি,
আনোকপু অমুক উহন্দনবা
ইমীৎ উইশিল্লি।
(মমীৎ উইশিনবা মী কদাযদা লৈ?
থানাগী লোক-অপ্তা
নৎত্রগা, শেংলবা লাইশঙ মনুংদা।)

ঙানা নোংথক্তা পাইর্বদি খক উখিদ্রি
(ঐহাক সমুদ্রদা চৎলুদ্রি)
ঙানুনা ঈশিংদা তাউবদি ভোযনা উবে।
নঙনা হায : ঐ লাল্লি
ঐনা হায : নঙ লাল্লি।
বেদনা হায : ব্রহ্মাদা
শূন্য লৈ।
নঙনসু হায ঐনসু হায : 'নঙ' হাযবসে
ঐ খক নত্তে।
৪
নোংমৈগী মখোলগা লৈগী মনমগা কনানা নুংশিবগে?
নোংমৈগী মখোল নাতোন্দা লৈবে
লৈগী লৈনম্না লৈতোন্দা লৈবে।
মমীৎ তাঙবা মীনা খোঞ্জেলদা মচু উই।

নুংশি-চিঠি অমা
ইপুরোক্কী কোষ্ঠি অমা
ঐখোয় ইমাগী রেডিও অমা
(লাইবিক-ফাল মথক্তা থিনবা)
ইচানুপাগী তুমশং অমা
(থজাইদগী তিংখং শৎনবা)
নুংশিত্তা পাইবা অথনবা নম লীক্লী ওবা
ঐখোয় অরোক্কী ব্রা অমা
(মদুগু মানা থা-বাক লৈ' থোক্লি)
গিবিনাঙ ডুংব অমা
'শাইক্ত ১নং মটান্ন' চাকপ' উচেক অমা
(যক্রাংদা খেংপা কেলেংগুবগী লাই
কবিগুম্না বেঙ্ক তনগী
উচেক্তা শো শিন্নবংদ ফবনি।)
ভুং অমা
কুনাক ওৈ
মনঙ্গলনা তাদুনা লোংখাক লোংবা
অঙাঙনা কাব তমা
কমা অমা
সেমিকোলন অমা
শাপোন অমা
সেক্সপিযবগী সোনেট অমা
ববী সংকবগী সিতাব অমা
নুপীগী মশন্না পুনশিনবা
অমনবা থুকম জুবা অমা।
(কবি বাংলি?
নওগীসু খবা হাপচিল্লু পাঠক।)

যেক্কম অমা অসুম অসুম

লূপশিনখি তপ্না তপ্না
তপ্না তপ্না তপ্না, য়াম্না তপ্না...
তূম্লিবী ইচানূপী লৈশাবীগী
মশম হৌদবা শীৎ নানবা মকোক্কী
লবাই লেম্ফূদা হুত্তুনা।
অদুদগী মাগী মনা অনীদু তপ্না তপ্না লেঙঙকই।

৫

সনা খোংনাং পাম্বী অমা পামজদুনা নোংমা ঐনা
য়ুমথংনবা ইনাকখুনবা নীপা অমগী অৱাঙবা দলানগী
মথক্তা কাদুনা, বাথ রুমগী মনুংদা চঙদুনা থিরুই।
(ঐহাক সনা খোংনাংবু য়াম্না পামজৈ;
ইম্ফাল অসিগী মী খূদিংমক্কী মকোক্তা
সনা খোংনাং পাম্বী অমমম হৌবা পামজৈ।)
অদুদগী ঈরুজফম কাদুগী মনুংদা
অরংবা নুংগী ফক্লাংদা
ঐগী নূপীনা ঙাদুনা লেপ্লমই ঃ
মশা তংখায় অমা খ্বাঙগী মখানা খোংনাং ওন্দুনা
খ্বাঙগী মথক্লা ফি থোংদ্রবা হকচাং।
মহাক কপ্লমই
মহাক নাহেরমই হীক হৈনা।
ঐ ঙক্তে
ঐ ৱাদে
ঐদি কপ্তে।
গিরীশ কারনাড,
ঐগী নূপীনা নঙগী 'চেলুবী' ওল্লল্লবা!
হৌজিক্তি কবম্না হায়গনি
ঐনা সনা খোংনাং পাম্বীবু পামজৈ হায়বা?

*(২৩ মে, ১৯৯৪)*

# অঙাংগী শৈরেং

উ...বু...বু...বু...
উ লাউবী উরাউবী
উদগী চাউবা খোংনাংনি
মনা পুংবা হৈনৌনি।
অকৃপ্পা খোংনাংগী মরুদগী
চাউরবা পাম্বী ওল্লিদো;
খোংনাংবটকী মখোঙদা বুঙ্কনা ফমদুনা
তাইবঙগী মঙাল ফংখিদো।
অপীকপা মাইরেলগী মবীদা
চাউরবা মহৈনা যাম্বদুনা পাল্লিদো,
নোংমগী লেপ্তুনা তম্বিবদা
শামুনা উরোকথোং লাল্লিদো।
- -হায়য়ু অঙাংশা, শাম্মু কবিদগী ওল্লি'

—উতীন্দগী ওল্লি হায়বরা
উচিদগী ওল্লি হায়ববা
মরোল থোক্তে হংবদা খুমদে, ওঝাবু।
মশক্কী হায়রুবদি ঐখোয় বাজিনা
উৎসব চারুবদগী হল্লকপা মাল্লি।

—ওক, মচীন তুম্বা মমৈ পানবা
অতুম্বা মচীন্না হন হন্দুনা চাবা শাদু
করিদগী ওল্লি?

—ম্যুনিসিপালিটিদগী ওল্লি ওঝাবু।
অদুনা শ্রীযুক্ত ওক সিংহনা
প্লাষ্টিকসু চায় লীক্রী মচেৎসু চায়
শেলদি খক চাদে ওঝানা চাবওম্না।

—সাবাস, কোক্তুম।
গুন্তীরদি করিদগী ওল্লি? হায়য়ু নাফল।

—নেতাদগী ওল্লি।
নেতাদি মমীগুগী মপি তাদে
মপা শিবদা কপ্রে;
গুন্তীরনা মপি তাই অমসুং কপ্লি
মপিদা থুমহী য়াওই।
মণিপুরদা সমুদ্র লৈতে
লোক্তাকী ঈশিংনা থুমহী চেন্দে
অদুনা নেতা লৈতে মণিপুবদা;
মহাত্মাদি ওপার অমা লৈ।

—কৈগা হৌদোঙগা কনানা কল্লি?
হায়য়ু অনীশুবা অঙাং, হনুমান।

—কৈনা কনবসু কনবনি
হৌদোঙনা কনবসু কনবনি;
মখোয় অনী অমুকমুক কন্নে।
কৈনা মী চায় অমসুং শা চায়
হৌদোঙনা হৌদোঙ মচা চায় ঙা চায়
শাসু চায় মীনা শেম্বিরবদি।
মশক্তি দুরবীন্দা য়েংবদা
হৌদোঙসু অদুম কৈ মাল্লি

মরাং তুরাং পিশক পিশক পীকই।
মীদি ঙাসু চায় হৌদোঙসু চায়
কৈসু চায় অশিবা ওইরবদি।
কৈগী মউন্দা সাধুনা ফম্মি;
অদুনা মীনা নৎত্রগা সাধুনা
অশিবা কৈদগী কনবা হেল্লি।

—মীদি করিদগী ওল্লি, অহমশুবা অঙাং মীৎখৃ?

—ডারব্বিনগী থীওরিদা
মীদি মন্ত্রীদগী ওল্লি।
'মন্ত্রী' ফজবা খোঙউপ অমগী মমিংনি।

*(২৪ জুন, ১৯৯৪)*

# ঐগী নূপীগী ৱারী

মীগী নূপীগী ৱাদি খঙদে
ঐগী নূপীগী মশক্তি সরস্বতী মাল্লি
ঙাচক মাল্লি
নৎত্রগা তেলঙ্গা মাল্লি হায়রবসু য়াই।
মাগী ত্রৎ ত্রৎ লাউরবা তেল্লবা
ঊচি মমৈ মানবা মশন্না
তেলঙ্গাগী অতেনবা মমৈ।
মীগী তেলঙ্গাদি থবায় পান্দে অপাম্বা লৈতে
নুংশিত্তা অদুম পাইদুনা লৈ;
ঐগী নূপীদি চাক চায়
ঈশিং থকই
সনা পামই।
অপাকপা মনা নাম্ম নাম্মদা
সনা সের অমমম য়াম্থে
শামুগী মনা মাল্লি
(পাড়া সিংনা শাই মাগী সনা।)
অদুনা সনাগী য়েংদুনা মনা তত্তনবা
অয়ুক্তা নুংথিলদা হীপ্তুনা লৈ;
অহিং অহিং হৌগৎলি
মনাদগী সনা লৌথোকই।
(মানা ফম্মুংদা হীপ্পদি
উমাইশেকপীনা মাশা ফম্নগা
উশাদা য়াম্থবা মাল্লি।)
ঐতনা ৱাঙ্গে অয়ুক্তা নুংথিলদা

মী লৈতবা তাল্লক্তা
চাক থোংবদা ঈশিং হোনবদা
কিশূ ফীজাম তৌবদা;
ঐগী নূপীদি নোক্কুনতা লৈ
নোক্লা নোক্লা কপ্পি
কপ্পা কপ্পা নোকই;
নোকপদা মপি ওরো ওরো তাই
কপ্পদা মপি খকই।
লৈকায়না শাউদে
বা হায়দে য়ুমলোল্লবা অউবা মীনা;
করিগী শাউগনি মীগী নূপীনা নোকপদা
মীগী নূপীনা নোক্লা নোক্লা কপ্পদা
কপ্পা কপ্পা নোকপদা?
ঐতনা বাজৈ মাগী নূপা ওইরুবগী
খ্বাঙ তেকপমখে ঈশিং বার্টিন বার্টিন হোনবদা;
অহিং অহিং তুমদনা
সনা সের অনী শেল্লবদা;
ঐগী নূপী সোফিয়া লোরেনগী
(মপামদদি শম্বললৈ কৌই)
শামু মনা মাল্লবা
পাক্রুবা মনা অনী ফোংপদা।

*(২৪ জুন, ১৯৯৪)*

# ভাগবত পাবা

ঐগী নূপীনা লোন্না লোন্না চুরূপ থকই
মনুং অচৌবা চঙবদা;
ঐনা লোন্না লোন্না য়ু থকই
মপান থোকপদা।
(নোংমদি ইবানী কোক উন্নে।)
ঐখোয়গী ইমা চহী ৭০ তা ঙায়রিবী মৌ নহানা
পোক ফোয়
পীশূম য়েকই
চন্দন উপু মমাঙদা থন্নগা
লোন্না নৎত্রগা ফোংনা।
ঐখোয়গী ইনে লুখ্রাবীনা
তাস শান্নে
লৈকায়গী মাম্মশিংগা
লোন্না নৎত্রগা ফোংনা।
ইচন নূপী শ্রীদেবীনা
খূনীং অকায়বা মেল্লি
চিংগম শায়র শায়রদুনা।
ক্বাক খোংই মমাঙ শঙ্গোয়গী য়ুমথক্তা তোংদুনা
মখোঙ পূখৈ অহোবা ইদা;
চরোয় খোংই।
উচিনা সাপোন চেল্লি
('গঙ্গা' সাপোন;)
চন্দন উপুদা কাখি।
হৌদোঙনা মিংশেল য়েংলি

মমিদা মমায় থক্রি।

মণিনা মকোই কোক্রি।

ইচানুপা য়াইমা চহী মাপলতগী অঙাংনা

ভাগবত গীতা পারি

নুংথিল পোবোপ্তা ফোংনা।

*(১০ সেপ্তেম্বর, ১৯৯৪)*

# অনৌবা চহীগী ৱাখল

অনৌবা চহীনা লাকপসিদা
অনৌবা ৱাখল অনৌবা আশাগা লোয়ননা
লৈবাক্কী ৱাখল খনগে হোৎনৈ
য়াম্না ৱানা
থম্মোয় শোক্না
—অদুবু মৈ লাক্তে।

চুম্মি, লমদমসিদা পোক্রবদি
লমদমসিদা চাউরবদি
লৈবাক্কী খরদি খনবা চুম্মি
লৈবাক্কী খবদি য়েংবা চুম্মি
লৈবাক্কী খরদি ৱাবা চুম্মি
অনৌবা আশাগা লোয়ননা
—অদুবু টৌটি তাদে।

মৈতৈ অমা ওইববদি
লমসিগী চেঙ চারবদি
জাৎ পূম্নমক্কী ৱাখল খনগদবনি
জাতিগী ৱাবা ঙমগদবনি
—অদুবু তলব ফংদে।

মৈসু লাক্রুবা
ঈশিংসু ফংদ্রবা
তলবসু ফংদ্রবা

অদুদি কৈদৌবতাই ?

তুম্বতাই।

তুম্নশি ঐখোয়

নুংশিৎ চারগা নংত্রগা নুংশিৎ কারগা

পূক পীক থন্না,

অদুদগী নুংশিৎ খাইদোক্লগা অমুক,

তুমদুম তুমখোকশি

খ্রো খ্রো নাখোক্তুনা

ওক-কুম্না ওন্দুনা।

তল্লি তুম্বদি,

তুম্নবদি মঙলাক্লগনি

মঙলাক্লববদি শিগনি,

শিববু কনানা পাম্বগে ?

ইলেক্ট্রিক লাক্ত্রবসু ফৈ

টোটি তাদ্রবসু ফৈ

তলব ফংদ্রবসু ফৈ

চাক চাদ্রবসু ফৈ

অদুবু শিবদি পামদে কনাসু,

মঙলাক্লগনি খনাদা তুম্ববু কি।

নোংমৈগী মখোল তানা তানা

বোমগী মখোলদা মঙ মঙনা মঙনা

মীকপ মীবাওখোল মবক্তা

খবনা তুল্লি

খরনা শিবি।

হৌজিক্তি

তুম্বা
নৎত্রগা শিবা
নৎত্রগা চেনবা
লম্বী অহন্নি
ঐখোয়গী ইমাগুদা।

চেন্নগা শিবদগী নাঙ্হোকপা ঙম্বরা পার্থ?

অদুদি খঙদেবো।
ঐগী হাযববু —
শিবসু পামজদে পাঙদ্রবা ঐদি
তুম্বসু কিজৈ মঙ মঙগনি নৎত্রগা মঙলাক্লগনি।
চেনবসু ঈকাই মীয়ামগী মমাঙদা
মীগী নূপীগী মমাঙদা।
(নেত্তাদা নত্তে ঈকাইবা খঙবা।)
ঐহাক কনানো খঙলববা
ঐগী ইমিং তারবরা?
'কবি' হায়বদো ঐহাক্তি
পোৎশংবম কবিসিং খ্বাই নাগ মপাল।

*(৩ জানুৱারী, ১৯৯৫)*

# মতম অহুম

১ - ঙরাং

ঙবাংদি অদুম হৌখি

নোং হেক ঙানবগা

নুমিৎ অদুম তাদুনা

নুমিৎকী মশক উখিদে,

তৃম্বদগী মীৎকপ থোক্তনা হৌখি।

২ - ঙসি

নোং ঙাল্লে

নুমিৎ থোক্লে

ক্বাক খোংলে

চবোযনা তে-তু খোংলে,

মীদি উদে অমত্তা।

চীংদা

তমদা

খুন অসিদা

শহবগী লৈকায লৈকাযদা

মীদি উদে অমত্তা

মীগী খোঞ্জেল তাদে।

মৈখুগী মপৈ মপৈনা শল্লি,

হৌজিকসু মৈ চাক্লি।

৩ - হয়েং

নোংমৈগী মখোল তাব তাবদুনা

খোঙউপ বুটকী মখোল তার তারদুনা
মীকপ মীরাউখোল মরক্তা
তুম্লিবা অসিদগী মীৎকপ থোক্ত্রুবদি মখোয়
(শিদুনা শান্নবনি হায় তশেংবদি
নিশা চাবগুম)
হয়েংবু উবা ফংলরোই।
নুমিৎকী সনা মচুগী মঙালনা
মোংফমশিংগী মথক্তা ঙালহৌরশনু।

*(৩ জানুয়ারী, ১৯৯৫)*

## বুদ্ধনা উদবা

বুদ্ধগী ওন্ন-তৈনবদা

খূউ য়ুম শানা ফল্লিবা

মখ্বাঙ কোল্লবা

মঙৈ থক থক নীক্লবা

হনুবা নূপা অমবু উরুবদা

নোক্লীংই ঐদি।

মাসু মতম অমদা

অপীকপা অঙাং ওইরমগনি

শল শাদুনা চৎলমগনি

অপেৎপা লৈখোম চারমগনি

মমাগী খোম্লাং থক্রমগনি।

খঙহৌদনা উরকই

ঐগী ইচানূপী পীক্লিবী চহী অহুমতগী নারাদা

মউন খুইরবী পোক্লা পূমঙৌ ঙৌরবী

মখদাঙ কোপ্পবী ময়া হৌদ্রবী

লৈখিদ্রবী ইবেনবোক্কী মূর্ত্তি

অকায়বা শকয়েং মিংশেলদা উবা শক্তম অমগুম।

ঐগী নোক্লীংবা মাঙখি;

খঙহৌদনা কপ্পীংলকই।

*(৮ মার্চ, ১৯৯৫)*

# শক্তম পরেং - ১

১

লৈসু শাক্তে

খোইমুসু পাইদে;

নামিবা নুংশিংনা শান্নে

মোংফমগী চরোং হাবুং মরক্তা

কে-কু লোক্তুনা।

২

সনাগী মরীক মরীক্কা

ঈশিংগী ঈরীক্কা

করিনা হেল্লি লংবা

করিনা হেল্লি মমল য়াম্বা?

খঙজদে ঐদি; পোকচবনি সাহারাদা।

৩

অহিংদা নোংমদোন্দা মায় লৈখত্তুনা

থবান মৈরাগী মশীং থী ঐহাক্লা;

ঐগী বারী তাবদা

নোকহৌই মীংতাঙবা নীপা অমনা

অমম্বা কাদা ফমদুনা।

৪

তুরেলগী ঈশিংনা শাউদুনা

লাউনা খোংনা ঈথক ইপোম হৌই।

মচী লেঙবিদে লৈরাই অনীদি
তুম্মিন্না লৈ নূংশিংবু মথাদা কোন্দুনা।
ঙাশিংনা চেল্লি
মিপাইদুনা!

*(১ এপ্রিল, ১৯৯৫)*

# ভগবান শংকরাচার্য্যগা ৱারী শানবা

ভগবান শংকরাচার্যনা ঐঙোন্দা হায়রকই—

"নঙগী অপাম্বা কবিনো

নঙগী অৱাবা করিনো?

নুংঙাইবদি মায়ানি

নঙ।" মদু কবম্না ফংবা ঙমগনি?

পোংশক খুদিংমক মায়া ঙাক্কনি।"

ঐহাক্কা খুমৈজে —

"অদুগীনি ঐনা ৱাত্তবস্।

থৌরাবু লিন্নি খন্দুনা

লৈরাক্কগী পাযখৎচকই

থৌবী অদুম্মক ওইবমই

লিন ওইবমদে।"

ভগবান্না অমুক হংলকই—

"লিন্দি কৈদৌনবা পায়রিবা,

চীক্লবদি শিরোইদ্রা?"

তোল্লবনা খুমৈজে—

"অশিবদি মায়া নৎত্রা ভগবান?

লিন্না চীকপদা শিরোই খঞ্জদুনা

পায়দুনা শান্নজনীংবনি।

লিনগী মচীন্দা চুপ্তুনা হু থক্লীংই,

তপ্না... তপ্না... তপ্না...

য়াম্না তপ্পা...
ঈশাসি অসুম পঙথদুনা
অশিবগী ঈপাক্তা লূপথদুনা
লুরবা ঈরোম্নুংদা ঈৰূগুনা
শান্নবা পামই,
অদুদগী অমুক ফৃং ফাওগন্তুনা
মঙদা শিবগুম্না হিংগৎলকপা।"

সংকবাচার্যানা শাউনা হাযবকই -
"মদু যাবোইনে অপঙবা অঙাং,
অশিবদি মাযা ওইববসু
শিবগা অমুক হিংগৎপা যাবোই।"

অদুবু ঐনা থাজশিনা
ভগবানগী বাসি থাজশিনা
ঐহাক্তি পামজে
হু থক্রগা
তপ্পা তপ্পা
শিদুনা শান্নবা।
অশিবগী ফজবা লমদমদা
অশিবগী নুংঙাইবা লমদমদা
মপুং ফাববা অবাৎপা লৈত্রবা মফমদুদা
ঐহাক চৎনীংই
ঐহাক চৎনীংই।
হিংবদদি থক নুংঙাইবা লৈত্রে
হিংবদদি থক অপাম্বা লৈত্রে।
নুপীগী ইচাগী ইমুং মনুংগী নুংশিবনা
ঐবু পুন্দুনা থম্বনি
নাম্ছোকপা ঙমদনা।

ভগবান্না অরোইবা ওইনা হায়রকই—
"নঙনা হিংলি খল্লিবা নঙগী নশাদু দেহদু
কুইরে শিখিবা!
অকিবা পাণ্ডবা নরোল থোক্তবা
মীনা লাকচ খূদুম চনবিবা ওৎপিবা নৈবিবা কযানা
নঙবু হাৎখিবা য়াম্না কুইরে।
হৌজিক ওইরিবা নঙগী হকচাংদি
অওইবা নত্তে
মায়ানি মীনম্বনি শূন্যনি।"

*(১ এপ্রিল. ১৯৯৫)*

# মায়া

ভগবান বুদ্ধনা হায়বম্মী ঃ

"মীওইবগী অৱাবা পুন্নমক্কী হৌবকফম মরু

অপাম্বদা লৈ।"

মদু খল্লুবদগী ঐহাক্না

ঐগী নুপীবু মাঙদা লেপহল্লি

মাগী শেৎলিবা ফীজোলশিং অমমমতা ওইনা ঐনা

লৌথোকই কোগোক কোক্না,

অদুগা মীৎ উইশিল্লি।

*(১ এপ্রিল ১৯৯৫)*

## ঈশ্বর

অকংবা উজাউবু ঈশ্বরবনি খঞ্জদুনা
শীং ওইনৈ;
সৈটানবুদি কবিদা কান্নগনি।

*(২ এপ্রিল, ১৯৯৫)*

# শক্তম পরেং - ২

১

মরূপ্পা য়েক্লবা ওইরক্তুনা

নেৎথরকই নুংশি হৈতনা ইথক্তা

কাওথবকই খোঙপাক্লা!

ঐহাক্না শাউনীংবা পুন্নমক খা-চীক্তুনা খাঙলগা

খল্লি পূক্লীংদা—

ঐহাকসু 'মহাত্মা' অমনি।

২

শা যোনবা নীপা অমনা

অশেম্বা ষণশাশিং

ষণগাড়ী অমদা হাপকৎলগা

অহিংবা মণ অর্নীনা চিংহন্দুনা পুখি

কৈথেল তম্না।

অদুগা খঞ্জে মতোম্মতা ঃ

ঐসু তোল্লবা শিন্মী অমনি।

৩

মরুভূমিগী মযাযদা

থাজদনা ফংই ঈশিং

অদুবু ঈখৌবাংলবা লমশাঙ লাক্লিবা উট,

থকপা ফংজদে নহাক্তি,

ঙক্তা পুল্লিবা থৌবীনা লাকশিল্লি নোম্বুবা যাদনা।

*(২ এপ্রিল, ১৯৯৫)*

## শক্তম পরেং - ৩

১

ঐগী মীত্তগী শীল্পরক্লিবা পিরাংদা
য়েংলক্লি কাংঙশিংনা
কোরৌগী মশেক্লা য়ৈরবা
অবংবা ঈপাক্লি খন্দুনা।
হে সখী,
খঙদেনে মখোয়না
রাধাগী নুংদা চাক্লিবা
কায়নবগী অৱা মৈচাক্তি।
মাঙদা মশেল মবাং উবিবা
কদমগী মাশাশিংনা খঞ্জিল্লবা
অশংবা নোংমদোন্দা
অমংবা নোংহৌ লাক্লববা
আশাগী হি হোল্লক্লবরা?
মীৎকী পিনা থৎখরে
নীংজবা মায়গৈ উঙমদরে।

২

সনা পাম্বরা লুপা পাম্বরা
লনগী মপু ওইনীংবরা?
পামজদে অমত্তা ঐহাক্তি
ফংবা ঙমদ্রবসু;

নুংশিবা পামজৈ।

মিংচৎ পাম্বরা গুণ পাম্বরা

ফজবা ফূরা দলান

অচৌবা য়ূমদা লৈনীংবরা?

পামজদে অমত্তা ঐহাক্তি

মিহৌজদে;

মীগা চান্নবা পামজৈ।

ইনাকখুনবা উবরা অচৌবা মী উবরা

অকনবা অশিংবা শক্তি লৈবা উবরা?

নঙনা কনাবু কিবগে?

কিজদে কনাবুসু

ঐনা পাঙদবা ওইরবসু।

অপঙ অশিং অচৌ পিশক

লোইনমক মান্নে মীগা মীগা

অরোইবদা

শিবগী মতমদা।

*(৭ এপ্রিল, ১৯৯৫)*

# কবি শক্তি চট্টোপাধ্যায়না লৈখিদবদা

শক্তি দাদা,

নোং লেপ্তনা চুবিবা মীচীক মীঝাওখোল তাদ্রবা

থেঙলবা ঙসিগী অহিংসিদা

নীংশিংলকই নহাকপু।

নহাক্না নোংমা হায়খি—

"চৎকনিনে ঐ*

অদুবু হৌক্তিকমক্তি চৎখিবোই

পুগনি ঐনা নখোয় পুন্নমক ঐগা লোয়ননা

চৎলোই ইতোমতদি কৈদৌনুং মতম অদু যৌদ্রিঙে।"

নহাক চৎখবে নতোম্মতা

কনাবুসু হৌবমদনা

অবোইবা মতমদু লাক্কনা।

নঙগী শৈবেংগী ঝাইহেশিং

তাবি নাকোঙদা তত্তনা।

ঐহাক্কী ঝাখলগী মীত্তা নহাকপু উবকই—

থাবল ফববা অহিং অমদা

গঙ্গা মপান্দা লৈঙোইগী হাবুং মনাক্তা

মোংফমগী মৈনা চাক্লি।

নহাক্না মনাক নকপা মীথুংশঙ অমদা

থোঙনাউগী ময়াদা ফমদুনা

য়ু লেপ্তনা থক্লি।

ফম্মুংগী মনাক্তা থাবা

অকায়বা শকয়েং মিংশেলদা

ম্নি অমনা মিরাং শারি;
লৈনা লৈনা
লৈনা লৈনা চৎলদুনা।
মমিনা মিংশেলদা তাবি।

শক্তি দাদা,
নহাক্তি নাইতোম তাবা অমসুং লাঙতক্লবনা
মতম চূপ্পদা
কোয়চিং চিংদুনা পুবি।
চঙবা অমসুং শিবা
মায়থীবা অমসুং চোকথববু
'পেগ' মশীংদা ওল্ল ওল্লদুনা থকচিল্লি নহাক্লা
মশীং নাইদনা য়ু।

অথাপ্পা উমংদা তেংথাবি হূইশিংনা,
অনকপা উপালদগী
পাইথোকখি উচেক অমা শউম কন্না
খংপ্রেক খংনা।
নহাক্লা ৱাখলগী লংলা চিংথোক্লুনা
তৎল শন্ন তৎল শন্ন
মীথুংশঙগী খোঙনাউদগী
য়েংলি পূন্নমকসি।

হৌজিক্তি থাসু লৈথবক্লে
নোংচুপকী উপালশিংগী মকমদা
তপ্পা তপ্পা তপ্পা
য়াম্না তপ্পা।
অদুগা পোৎলোইবগী মৈরিসু মূৎথরক্লে।
শীঙ্খরি লীক্লাশিংগী পিবাং।

শক্তি দাদা, ঐগীসু লৈবি অৱাবা,
ঐহাকসু অনাবা অমনি
পুক্নীংগী অমসুং হকচাংগী,
সিনি হাযফম খণ্ডদবা নুংগী লাঙতক্নবা অমনা
লু-তোং শিংলী নাউবী শীনবা থুংনা চীক্কুনা লৈ।
নহাক্তি লংফৈ চৎপা মীনি
মফম খণ্ডদনা ইঙাও ঙাওনা পঙচত্তা চৎপা,
অদুগা শৈবেংগী লোইবা নাইদ্রবা ঈচেল
মীৎকী পিনা নৎত্রগা অশাউবনা।
ঐহাক্না ফাদোক্নি ইশাবু ফাজিন্দুনা থমজবা
ইমুংগী ফক্লাং মবিগী মনুংদা।

ঐহাক্কী বাখলগী মীত্তা অমুকসু উবকই
কুম লাযনানা নাববা ঐহাক্না
হৌগৎ কাঙখৎপা ঙমদনা
ফম্মুংদা ওন থোইনা চহী চুপ্পা হীপ্পুনা লৈ।
অঙনবা অযুক্তা নুংশাগী মঙালনা থোঙনাউদা চঙলকই।
মশা খীংলবা শেন্দাংশিংনা
চোংল চোংলদুনা মচীঞ্জাক খুল্লি
ইমুংগী লৈমাযদা,
চোংল চোংলদুনা পাইথোকখি
থোঙনাউগী মপান্দা।
ঐহাক্তি খাঙঙমদ্রবা অনাবনা
হকচাংবু ক্রক ক্রক লাকশিল্লক্লি
থৌবীনা পুনবগুম্না।
মশা খীংলবা শেন্দাংশিং অদুবু
ঐহাক্না কযাদা কল্লকচখিবা।
ঐহাক্কী থৱাযনা উচেক ওল্লগা
নীংতম্না পাইনীংই।

সিনি হায়ফম খঙদ্রবা
ৰা-মচংদা ফোঙদোকপা ঙমদ্রবা
ঐগী পুক্নীংগী নুংনাংববু
পাক্লবা মেপ অমা ওইনা ওম্থোকই।
ঐনা খঙবা মী ঐনা নীংশিংবা মী
হিংলিবা নৎত্রগা শিগ্নবশিং
মখোয়গী অৱা অনা কয়াগা
ঐগী অৱাবগা তিন্নখি;
মেপকী অকোয়বা ঙমখৈ
অসুম অসুম পাকথোকখি
অঙাঙবা, অশংবা, নাপু, অঙৌবা মচু
অসুম অসুম পাকথোকখি।
ওঃ ঙমখৈ নাইদ্রবা সমুদ্রগী ঈপাক শীনবা থুংনা
ঙাশিংনা তাউবি শিরুম নারুম!
অদুদগী অৱাবা ৰাখলনা লাকহন্তুনা
খোঞ্জেল খোক্লা কপথোকই ঐনা।

ঐগী ৰাখলগী মীত্তা অমুকসু উবকই—
শঙ্গুদগী নাইতোম তাবকপা ঙানু থঙ্গোং অমনা
তপ্না তপ্না পাইখি
শাগল তৃফাঙ খপ্লদুনা
মীৎযেংগী পংখৈ লান্না
চীং, পাৎ, তুবেল
লৌবূক লমহাঙ কয়া লাল্লদুনা।

নুমিদাংৰাইগী মতমদা
থাপ্না তান্না উবা
নুমিৎকী ঙাঙ্ৰানবা মচুগা
সমুদ্রগী ঈশিংগা চীল্লোক্লবা মফমদা

থুংলদুনা থঙ্গোংনা
অসুম অসুম লূপথখি
চোকথনা মাশা খপ্লদুনা,
অসুম অসুম লূপথখি
অসুম অসুম লূপথখি
লুববা ঈবোলনুংদা।

শক্তি দাদা, হিংলিঙৈদা নহাক্কা শকখঙনখিদে
ঐতনা নঙবু খঙজখিবনি
নঙগী শৈবেংশিংদা।
ঐখোযসু খঙই নোংমদি শোযদনা চৎকনি
পুন্সীগী অবোইবা খোঙচৎ,
মতম অদু লাক্লগা
ঐখোযনা কন্নাবুসু হৌকব্বা যাবোই
ইদোম তবক চৎনখিনি।
নহাক ঙাইবম্মুকো ঐখোযবু
নুমিৎকী ঙাঙ্গ্রানবা মচুগা
সমুদ্রগা চীল্লোক্লবা মফমদুদা,
নুংঙাইনা পোত্থাবম্মু।
শাউবদি শাউবনু শক্তি দাদা,
পোৎ-চৈ লংখায খোৎকাযবা তৌকন্নু
মফমদুদি শাউফম নত্তে
শান্তিগী মীথুংশঙনি।।

*(৯ এপ্রিল, ১৯৯৫)*

* পবেংশিং অসি কবি শক্তি চট্টোপাধ্যায়গী শৈবেং "যেতে পারি কিনতু কেন যাবো" (চৎপা ঙম্মী ঐ অদুবু কবিগী চৎকনি?) দগী লৌথোকচবনি। বাংলাদগী ইংলিশতা হন্দোকপা অমদগী ডাঃ নোংমাইথেম তোম্বী সিংহনা মণিপুরীদা অমুক হন্দোকপনি। 'সাহিত্য', ৯০-৯৩শুবা মশীং, ভোল ২৫, ফেব্রুবারী, ১৯৯৫, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালদা হন্দোক্লবা শৈবেং অসি ফোঙখি।

# শক্তম পরেং - ৪

১

চেক্লা অমনা পাইখি

লৈনা লৈনা

হাইনা        হুন্না

য়াম্না        তাম্না

অতিয়াগী তোর্ব্বাল থিবা।

ইনক নকপদা

উপালদগী কেল্লকই

উনা অমা

উফুল্লক্তা। (লৈই অমগী অরোইবা বিন্দু।)

নুংশা মঙালনা        পোত্থারি উপালগী মরুমদা।

চাউরবা নুংজাউ অমা        সড়ক্কী ময়ায়দা

ফুমদুনা লৈ        চহী কয়াসি।

ব্বারবরা নহাক

অহল ওইববা লংফৈ চৎপা নীপা

লমশাঙ লাকপদা?

২

নুংশাগী মৈশানা হৈথরি মৈগী মহী!

মংবশাই নোংনা নীংঙায়দনা

অমুবা চীংদুম শানা খিল্লদুনা

খৌরাংলবা কংলবা লৌবুক লমহাঙশিংদা

চাইথোক্লদুনা মমিশিংগী শম্লাং।

৩

ঈখৌবাংলবা নোঙ্গৌবীগী ঈশৈবা
নংত্রগা লমগী চেক্লা কনানা কপ্পনো
মশাবী মপাঙ কায়নববা
হৈনা মতুং ইনবা ঙমদ্রবা?
খোঙ্খাঙ যৈবি অঙস্বা লোকশিংদা।
চীংশাং পবেংনা থেমজিল্লি ঃ
হৌজিক নুংথিল পোবোপ্পি।

*(১৩ এপ্রিল ১৯৯৫)*

# অবাবা ঈশৈ

কুইনা ফাজিন্দুনা লৈরম্বা ঐগী শৈরেংগী ৱাহৈশিং
পুক্নীংগী থোঙ হাংদুনা মতৎ মতৎ থোকখিবা—

মখোয় কদায়দা চৎখ্রে
মখোয় কদায়দা মাঙখ্রে?

চীংদগী চেম্ব্রকপা ঈশিংগী ঈচেল মচাশিং
থেক্না খোয়না তারকপা ইপোম নাইনা
অঙম্বা লোক তম্না নুংগায়রক্তা চঙখিবা—

মখোয় কদায়দা লোৎখ্রে
মখোয় কদায়দা মাঙখ্রে?

অঙনবা অয়ুক্তা লুপা মচুগী নুংশা মঙান্দা
তিংথৌগী মতোনশিংদা চাইরম্বা অরংবা লীক্রা মবীকশিং
নুমিৎনা হাইগৎলকপদা তাকখ্রে ঙম্না।

মখোয় কদায়দা চৎখ্রে
মখোয় কদায়দা মাঙখ্রে?

উশাশিংদা তোংলম্বা নুংশিনা ঈশৈ শক্রম্বা
কোয়না পাইদুনা শান্নরম্বা মচু মচুগী চেক্লাশিং
নুমিদাংৱাইগী মতমদা অমম্বগী ফীজোলনা কুপ্লকপদা
মাঙখ্রে মখোয় লোইনা।

মখোয় কদায়দা মাঙখ্রে
মখোয় কদায়দা পাইখ্রে?

মতম কুইনা কাউঙমদ্রবা ৱায়থুংনখিদ্রবী নুজা অমা
ঙরাংদি মঙদা উরম্মী; থম্মোয়বু তত্তনা ৱাহল্লম্মী।
ঐগী তেনখ্রবা যৌবন, মচেৎ তাখিবা নুংঙাইবা মতম,
তীম্না চীক্কুনা কেনখ্রবা শাৎহৌদ্রবা লৈরাং কয়া—

মখোয় কদায়দা চৎখ্রে
মখোয় কদায়দা মাঙখ্রে ?

ঙসিদি নহা ওইনা চহীগী পোৎলূম্না নল্লবা
তাইবঙগী চৈনা কয়ানা হিংবদা নুংঙাইবা ফংদ্রবা।
চৎখ্রে মখোয় লোইনমক মঙদা উবা শক্তমগুম্না,
লৈহৌই অৱাবতা ঐগী ইনাক্তা ফমদুনা
লেঙদ্রবা অতিথি ওইনা।

মখোয় কদায়দা চৎখ্রে
মখোয় কদায়দা মাঙখ্রে ?

*(১৩ এপ্রিল ১৯৯৫)*

# যক্ষগী বাহং

যক্ষ — স্বর্গ ফংনবা লম্বী করিনো?

যুধিষ্ঠির — অচুম্বা লম্বীদা চৎপা।

— নোরোক্কী লম্বীদি?

— অখোয়বা অমসুং অশম্বা লম্বী

(গুরুনা শিবদা থাংদোকপা নংবা।)

— মীনা শিবসি রাখলদরা থবক্তরা লমচত্তরা?

— মীনা শিবদি মচীন্দনি

চাদ্রবদি খক হিংদে।

— ঈশ্বর কদায়দা ফংগনি

হায়উ পাণ্ডবকী ময়াম্বুং অহল।

— মন্দিরগী মনীংথোঙদা।

(মমাঙথোঙ থিংলবদি মনীংথোঙদা চঙলকউ।)

*(১৫ এপ্রিল, ১৯৯৫)*

# অহিংদা উমং কোয়বা

ঐহাক্না থাদা হেক হেক ঙাওবদা
থাবলদা কোযনা চৎপদা
হৌখ্রবা মপোক নীংশিংবগুম্না
ঙক্না থোকই।

অঙাং ওইবিঔদা
ঐহাক্না যাম্না পীক্লিঔদা
জীপ তোংলগা ইমুংগী মীশিংগা
খুঙ্গং অমদা অমুকথক চৎখি।
থাবল ফববা নুমিদাংদা
থেক্না খোযবা চীংযাগী লম্বীদা
তপ্না থৌবকই গাডীনা।
জীপকী মনীংগী সিটতা হীপ্না হীপ্না যেংই—
পীক্লিবা নান্না অমনা
মমাগী ফীজি মকুমদা
কেকু লোৎপী শান্নবগুম,
মপুং ফাববা থাজনা
চীংগী মকুমদা অমুক লোৎপা অমুক থোকপা
উপালশিংগী মকুমদা
অমুক লোৎপা অমুক থোকপা,
নীংশিংলকই
উরি তত্তনা মীৎসিদা,
পৃক্লীংবু মবাঙ হৌহল্লি।

২

ঙবাং অহিংদি মঙদা

অমুক উবমই অদুঙৈগী কাউঙমদ্রবা খোঙচত্তু।

হৌখ্রবা পুন্সীগী তুংওইনবা লম্বীদা

মায় ওন্দুনা চৎলমই ঐহাক্না।

অহিং ঈচীক হুম্রে

ফাঙৌ ফৌবি থাজসু।

ঐহাক্না চৎলমই

শুক্রবা উমংগী লম্বীদা

ইশাদা ফীজোল অমত্তা পক্তনা

অপীকপা অঙাংগুম্না ঈকাইবা ফাওদনা।

চাউব চাউববা উপালশিংনা

লেপ্লি তুম্মীন তুম্মীন্না,

লৈবাং কয়া শাৎলি

উচেকশিংনা খোংলি

কুবাকশিংনা পাইবি,

সনা মচুগী যোংশিংনা

শান্নবি উবীশিংদা য়াম্বদুনা।

ঐহাক্না অসুম পঙচত্তা চৎলি

চোকথবা লৈতনা অৱাবা পোক্তনা

হেলোযনা পুববা মীগুম্না।

কোক্তোন লোম্বা থাজসু

চৎলি নোংমদোন্দা ঐগী মাঙ থানা

ঐবু খুৎ হৎনা কৌবদুনা।

লৈচিনগী মকমদা

উপালশিংগী মবক্তা

অমুক উবা অমুক লোৎপা

অমুক লোৎপা অমুক উবা,

য়েংনা য়েংনা
চৎলমই ঐনা অৱাবা খঙদনা।

৩
থা কযা হৌখ্রে
ঋতু কয়া ওনখ্রে
হৌখ্রে চহী কযা কয়া।
চৎলমই ঐহাক্না লেপ্তনা
লোইবা নাইদ্রবা উমংগী লম্বীদা,
নোংঙানবা নাইবমদে।
থক্তা থোক্লিবা থাজনা
অমুক উবা অমুক লোৎপা
অমুক লোৎপা অমুক উবা।

ফীজোল যাওদ্রবা ঐগী হকচাংগা
থাবলগা তিন্নখি অমত্তা ওইনা,
মহৌশাগী মশাইগোন্দা
ইশাসে মফম খঙদনা চীকমাঙনখি।
ঐগী মায়, মীৎ, নাকোঙ, নাতোন, খূৎচা, খোঙশা,
হকচাংগী কায়াৎ পুম্নমক
পীক্রবা বিন্দু অমমম ওইনা
তিনখি খম্নাইদ্রবা তাম্নবা লমদম অমদা।
অচীকপগী খঙবা ঙমদ্রবা স্নব অমনা
ঐগী থৱায়বু য়াই থাদুনা ঙাওহল্লমই।

৪
অহিংগী তাংলৌ থেঙলে
লৈথরক্রে থাজসু
নোংচুপ চীংগী মরুমদা।

খঙহৌদনা উরকই ইমাঙমক্তদা
পাক চাউরবা পাৎ অমা,
শংত্রিক শংই
লুববা ঈশিংনা নীক নীক লাউই।
তোর্বালগী চেক্কী সিডি পবেংদা
তপ্না তপ্না কূমথৈ ঐনা
কাইনথংদা
ঈবোম্নুংদা লপথবা হৌবমই।

৫
থাসু তাখবে হৌজিক্তি
থাবল থোকখিদ্রে.
শূক শুনা মল্লে উমংসি।
কাখৎলকই ঈবোম্নুংদগী তপ্না তপ্না।
কংফাল যৌবদা
ঈকাইবা ফাওবকই খংপ্রেক খংনা
ইশাদা ফীজোল যাওদবগী।
উপাল রাপাল উচেক রাযা
মহৌশাগী শীংনাইদ্রবা জীবশিংনা
তাইবঙ মীগুম্না মমীৎ খৎনদুনা মখোয মশেল
ঐবু যেংনা নোক্লবগুম তৌবক্লে।
নোংথাঙ কূপ্লগুম্না
উবক্লে মখোযগী অবংবা মমীৎশিং।
ইশাদা ফীজোল থোংদনা
কবম্না হনগনি হৌজিক যুমদা?

*(১৫ এপ্রিল, ১৯৯৫)*

## শক্তম পরেং - ৫

নুমিদাংবাইরমগী
তারমদাই নুমিৎকী মঙালনা চাইথেক্রবা
খুঙ্গংগী লৌবূক লমহাঙশিং
পুথ্রী পাৎ কোমশিং
ফীজিন লাকশিল্লি উরুমগী মচেৎ মচেৎনা
উপালশিংগী মখোঙদা।
চাউরবা হৈনৌ পাম্বীশিংনা
মাশাগা মাশাগা লেঙ্গৌম্নে।
চেক্লাশিংনা চাক্তারি
চরূখোক্কী মরক্তা।

খুনগী চিদাইদা
লম্বীগী ময়াদা হৌরিবা
উফুল থাংলবা
জোটা পুরবা মুনিগী মশমগুম্না
মরানা থৌরী তারবা
চাউবা হেন্দ্রবা সনা খোংনাং অমগী মখোঙদা লৈবা
অপীকপা মল্লবা মোংফমগী ফূরা উরকপদা
মীৎকপ থোকই খঙহৌদনা—
ঐগী ইমাগী মপাম লমদম্নি
চীক্রবা খুঙ্গং অসি।
(খুঙ্গং অসিদা ঐহাক
মরক মরক্তা লাকখি।)
মোংফম অসিনা

কৌরক্লে ঐহাকপু খুৎ হত্তুনা
নাম্লদা চীক্লা পাউদম্লক্লে।

খুনগী ময়ায়দা চেল্লিবা
অপীকপা ঈশিংগী খোং মপানগী
অদুঙৈগী অঙাং ওইরিঙৈগী থৌদোকশিং
থোরক্লে মীৎমাঙদা তপ্না তপ্না
মঙগী শক্তমগুম্না।
তমথীরবা মতমগী ঈচেল,
নঙনা ঙসিদি ঐহাকপু কপহল্লি।
তারমদাই নুমিৎকী মঙালগী
কোমলাগী মচুবু ঙমজবী
শম্নাংনা রায রায তারবী
তুংযান ফজবী
নীংথিববী নুজা অমা
নীংশিংলক্লে;
লৈবাং শিঙ্গাবৈগী পুক্সী ওইখিবী।

কদায—
লেঙদবা খোংগী ঈচেন্দি চেল্লি
লুরবা ঈশিংনা লৈবাইদা ঙাথু থেংথু,
মতম অমগী
চেঙহীগী নুংশিববা মনম
নাপু মচুগী ফীজোল
নোংথাঙগুম্না ঙাল্লম্বা মাগী মীনোক
মখোয়দি কদায়দা চৎখরে ঙম্না?
কদায়—
শেগা কোৎপা ফুরীৎ লীৎ
সনাবুল ওয়দা য়েপ

তুং হন্না হন্না য়েংলম্নগা
মীৎচিগী তেন্না কাপ্লম্নগা
শল্লম মতুং ইন্না
তপ্না তপ্না খোঙ থাংদুনা
নীংঙোলগী খরায় থোঙ্গাল তন্না চৎখিবা ?
পাম্মুইদকো—
থা মচেৎ শারবা লৈই অমত্তা চোইথোক্তবা
মুরবা পীশূম অনী,
চন্দনগী সিড়িনা লৈতেংবা
পীক্লা তুমতকপা নাতোন,
মৈনা রায়দুনা মাঙখিবদো।

কনাগুম্বা কবিনা হায়খি—
"অশিবগী অহোংবনা নৌবর্বা নুজা কনাগী মায়থোঙবু
অহল ওইহনবা থক ঙমদে।"
তমথীববা মতমগী ঈচেল,
ঙসিদি চহী কয়াগী মতুংসিদা
নঙনা ঐহাকপু কপহল্লি !

*(২২ এপ্রিল, ১৯৯৫)*

# লিন অমসুং বাপু

জাতিগী মপা,
ঙসিদি নহাকপু নীংশিংলূবদা
মীওইবগী মবমদা
নৌনা ৱাখল খলহল্লি।
মীওইবা মীওইবা
মীওইবা হাযবসিনা
অপাম্বগী হূনা থূমহক্নুনা
তমথীবা লিন ওল্লকই,
লিন্দগী অমুক্কা হেন্না শাথীবা
অঙকপা ফৎত্রবা তমথীবা জীব ওইবকই
অদুনা অয়ুক্তা নুংথিলদা অহিংদা
খংনবা লাউনবা হাৎনবা শুনবা
মীওইবগী অশিবা হকচাংদগী শীঙ্খবকপা ঈংখংদা
মীওইবনা মখুৎ লূপ্পা।
হৌজিক্তি
মীগা মীগা মবী তংনবে
মীগা মীগা অসুম অসুম
নোংমা নোংমগী লাপথোক্লবে।

ঐহাক্তদি খঞ্জবশাই
অঈংবা
শান্তি
তূম্মীন্না লৈবা
নুংঙাইবা

পোখাবা;
ঐহাক্নদি পামজরুবা শাই
মতম অসিগী নুংগী অৱাংবা ফক্লাংদা
ইতুং ওনশিল্লগা
থাপ্না হন্দোক্লুনা লৈবা।
অদুবু ইশাগী থনুংদা চঙদুনা য়েংজবদা
ইশাবুসু উবা ঙমজরকই—
ঐসু তমথীবা লিন অমনি
মীওইবগী হকচাংদা লোত্তুনা লৈবা;
মী অতৈগা ঐগা কৈসু খেন্নবা লৈতে।
অহিং নুংথিল অনীদা
অপাম্বা কন্নকপা য়েংথীবগী ৱাখলনা
ইশাবু কূপশিন্দুনা লৈ
মৈবু উৎনা কৃপ্পগুম।
ঐগী নুংশিবা মী
ঐগী নুংশিদবা মী
ঐগী মঙ্গপ
ঐগী য়েক্লবা
ঐগী নূপী ঐগী ইচা ইমুং মনুং মৰী মতা
মীতোপ
তোংঙান তোংঙান তাদুনা লৈ,
ঐনা মী পূন্নমকপু অমত্তা ওইনা
খক খল্লুবা ঙমদে।
অদুগা ইশাগী অপীকপা পুক্নী অসিগীদমক ৱাজবদা
ইশাগীতা খনবদা
পোৎলুম ওইরি।
অশিববু কিবনা
তোন্নবা থৱায় অসিগীদমক
শক্তি লৈবা কনাগী মখোঙ কোন্দুনা

ওন-থোইনা কপ্লি।

অদুগা বাপু,
নহাক্তি নরৈবাক্কীদমক
মীওইবা জাতিগীদমক
নুংশিবগীদমক
অচুম্বগীদমক
অহিংসাগীদমক
নথবায় কখোকপা ঙমখি,
নহাক্কী নফমদা
লনাইগী অপাম্বা লৈতে
কল্লকপা যেংথীবা লৈতে;
(নহাকপু ঐনা তশেংনা নুংশিজে।)
মীনা ওল্লকপা লিন্দি
মশাগীতা খনবা অপীকপা য়াখলদা
মতম চুপ্পা লুপ্তুনা
মশাগী হুবু মশানা খৌবোম থল্লা চুপ্লগা
অসুম অসুম কামথোবকই
অসুম অসুম শন্দোবকই।
হৌজিক্তি লমদম অসি
লিনগী লৈবাক্নি
লিনগী লমদম্নি
অঙম অঙম্বা চীক্করি
অঙম অঙম্বা হাৎনবি।

অদুনা বাপু,
মতমসিগী ঐখোযগী পুক্নীদা
শান্তি হায়বসি অমুক ফংগদবা লৈত্রে।
নাকোঙ অসিদা তারি হৌজিকসু

মীওইবগী অবা অনা মীকপ মীবাওখোলনা
তত্তনা নিল্লি।
কল্লবা নোংলৈ নুংশিং
অবাবগী অহিং
কৈদৌঙৈ লোইগনি?

(৯ ফেব্রুবারী ১৯৯৬)

# শৈরেংবু ঐহাক্তা লৈরাংনি খন্দুনা

শৈরেংবু ঐহাক্তা লৈরাংনি খন্দুনা
লৈগী শৈরেং ইগে হোৎনৈ;
ঋাহৈগী মচু কয়ানা
অঙাঙবা অশংবা নাপুগী মচু মচুনা
শৈরেং, নঙবু লৈগী পরেংদা লেংগে হোৎনৈ।

অদুবু মীৎকী পিনা হায়রকই—
শৈবেংদি লৈ নত্তে
পিরাংনি শীঙ্করকপা মীত্তগী।
অমত্তা পোকচবা মমা কনাগী
তাঙলবা ফীজিগী লন ওইবম্বা ঙবাংতগী নাৱানা
সড়ক য়াংবী থক্তা
ঈঙাঙ পাকতক্লনা তাবিবা
কনা হন্না য়েংবিদ্রবা,
মহাকপু শোকউ পাযরুবদা কিনববা,
অদুগুম্বা মপারী শেৎনরবা
মমা কনাগী মীৎকী পি।
অদুনা শৈরেং, মীৎকী পিনি।

অদুবু অশোনবা লাইরবা মীওইনা হায়—
শৈরেংদি নত্তে পিরাংতগী।
শূর শূরগা লাইর তানবা
নোম্বদা মকু হুরবা
লাইবক্লা তুংওইনবিরবা

হন্না য়েংবদা মাগী কনা উদ্রবা
মখোয়গী শৈরেং ইয়ু।
মখোয়গী হকচাংদগী তাবকপা হুমাংগী ঈরীক্লা
শৈরেংগী পরেং শেম্মু।
অদুনা শৈরেং, হুমাংগীনি।

অদুবু মীগী অশোকপা হকচাংদগী
শীন্থরকপা ঈখেং উরুই।
নত্তে শৈবেংদি হুমাংতগী
ঈগী শৈরেং ইগদবনি—
অশোকপা হকচাংনা হায়বকই।
শক্তি লৈবা ফংত্রবা কনানা
ওৎপি নৈবিববা ঐহাক্কি,
অশোনবা পাণ্ডব্রবা ইবোল থোক্ত্রবা
মায়থীববা, পুক্নীদগী তুং হন্না চেল্লবা
ইশাবু হাত্তোকচরবা ঐহাক্কি।
ঐগী হকচাংদগী চেন্থরকপা ঈনা
শৈবেং ইয়ু কবি
ঈগী শৈবেং ইয়ু।।

*(১৯ ফেব্রুবারী, ১৯৯৬)*

# ঐগী ইমুং

## ১ - ঐগী ইপুবোক

মাগী মমিং ইবোমচা কৌই,
"থাংজম ইবোমচাগী মরৈদা
ফদী অচোৎপা কংই"
লৈকায়না হাযনৈ।
মহাভাবত বামাযণ চীনফা পুই,
"ধৃদ রাত্র হাযউ ধৃদ বাত্র হাযউ" ঐখোযদা তোযনা হায,
"লৈত্রোং শেংদেদা ইবো।"
অদুবু নুমিৎকী অকোযবদা পৃথিবীনা কোয হাযব'
খক থাজবা ঙমখিদে,
"লৌবা য়াবা য়া নত্তেদ্রা, অতো
লাইবিক্তা ইবা পূন্নমক লোইনা চুম্বা নত্তে,
চহী অসুক কুইনা হিংলক্লবা ঐহাক নোংমতসু
পৃথিবী মানা লৈবদা অমেবিকাদা খক লৈবমদে"
ইপুবোক্না তর্ক তৌই।

## ২ - অবোক

ঐনা খঙলকপদা ঐখোযগী অবোক্তো
অহল ওইরম্লে
মমায় খুইরম্লে
পোক্লা পূমঙৌ ঙৌরম্লে।
অবোক অমত্তং লৈশাবী ওইখিবা লৈবরা?

শন্নাং কোইকক্লরবী
কুন্নংনা নাদা চিনবী
খুনগী লাইবুংদা
মোইরাং লাইগী লাইমাঙদা
থেক্ক থেক নৌগ নৌ
হাইনা হুন্না জগোয় শাবা।
চুম্মি, ঐনা খঙলকপদা
মশূ তরেৎকী ঐখোয়গী অবোক অদো
লৈশাবী মচা ওইরম্মী—
মখ্যাঙ কোন্নদুনা খুউ য়ুম শারদুনা
মাঙ্গোলগী মচীদা পিশক পীক্লা ফন্নমই
য়োংশবা মথক্তা খিনবা এল্যুমিনিয়মগী পাত্রগুম
মকোক্তো পোক্লা পূমঙৌ ঙৌরদুনাঃ
ক্না অশুবা শায়র শায়রদুনা
চীনবান তঙাং তঙাংই।

## ৩ - ঐখোয়গী বাজি

মহাক চৎখ্রে চহী তরামঙাগী মমাঙদা
ইপূবোক অবোক্কী মতুং ইন্দুনা।
স্বর্গদা লৈরমগদ্রা বাজিদুবু
নোরোক্তা কুন্নমগদ্রা?
হিংলিঙৈ মতমদদি
থাজখিদে অনীমক মহাক্লা।
ঐখোয় বাজিনা তত্তনা হায়,
"ঐদি মীগী মরক্তা লৈজগে
ঐহাক্কী মোংফম য়ুন্নক্তা মীনা লৈবা মফমদা শেম্মিয়ু।"
করিগুম্বা বাজিনা স্বর্গদা লৈরম্বা থোক্রবা
থাজদে থেংনগনি হায়বা।

মরমদি ঐগী লম্বীদি মথক্তা নত্তে

মখাদনি মখাদনি।

## ৪ - ঐগী ইমা

ঐগী ইমা হন্দক্তা

জগন্নাথ ক্ষেত্রদগী কাশিদগী

শ্রীধাম বৃন্দাবন্দগী হল্লকই,

অদুগা লাইনীং লম্বীগী অহোংবা অমা।

নুং লাইনি হায

পূজা তৌই,

উ লাইনি হায

পূজা তৌই,

শা শল হূই হৌদোঙ লোইনমক

লুনা তৌবকই নোংম' নোংমগী,

তীন কাঙ হযিং হাৎখিদ্রে

হূই হৌদোঙবু মাংই খক হাযখিদ্রে।

মীবু হন্না যেংখিদ্রে

মীগা ব্রা ঙাঙনদে

মীগা শোক্ক শন্নদে,

মীবু কিবা নোংমা নোং গী হেল্লকই

ঐগী ইমানা।

## ৫ - ঐগী নূপী শ্রীমতী থম্বাল অশংবী দেবী

মহাক অহানবদা নৌবিঙৈদা লাইধিবী ওইবমই

শ্রীমতী লাইধিবী দেবী।

লাইধিবীনা ব্রা ঙাঙই অপাবা ফি ইল্লি

থোৎনা নৌনা চৎলি

কেনা কেনা মিংশেল য়েংই;
(মিংশেল অমা মরী পান্দুনা য়াল্লি মঙকশমদা।)
অদুদগী কুইর কুইরগা
নুংগী শক্তম লৌরকই;
নুংগী মূর্ত্তি নত্তে
খাজুরাহোগী কোনার্ককী অপ্সরাগী মূর্ত্তি নত্তে;
নুং শূবা চক্রী শাবনা শেম্বা অশোয়বা লাইনি।
নুংনা বা ঙাঙই
হৌনা হৌনা লাউনা লাউনা ঙাঙই
য়াক্লা যাক্লা শাউনা লাউ খোংই;
অয়ুক্তা নুমিৎ য়ুংবদা সন্ধ্যাদা
লাক্লা লাক্লা কাক্লা খোংই;
ছাদকী লৈমাযদা পূখম তেংকোৎ তাই
শ্রেঙ শ্রাঙ!
সীতে, ঐহাক চৎলগে বন্দা
সনাগী শক্তি থিবা।

## ৬ -ইচানুপা অহল

মহাক ঙা চায় শা চায় চাক চায়
নোংমা নোংমগী মনা অনীমক
চোম্বরকই অসুম অসুম।
লাইরিক তম্মি, লাইরিক্তি চাদে
চেকশিন্না লুনা থম্মি;
পাবদি পাদে অমত্তা
ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর।

## ৭ - ইচানূপী অহুম

ইন্টরনেসনেল বুমেন্স য়্যাব
কবম্মা থাদা তারিখ কয়াদা তাখিবগে?
নহান নোংমা মূর্খ মন্ত্রীগী
মচানূপীগী লুহোঙবা চৎলুবা হল্লকপদা
লম্বাদগী লৈরকই
চানা শাবা উপু কাংথোল অপীক অপীকপা
পূখম তেংকোৎ, গ্যাস ষ্টোব
টি ভী, ফ্রিজ;
পীক্রিবী ইচানূপী অহুমগী যেংদুনা
লাঙশিল্লি অউনপোৎ।
হায়উ শ্রীমতী,
ইন্টবনেসনেল বুমেন্স য্যাব
তাবিখ কযাদা তাখিবগে?

## ৮ - ঐহাক

ঐহাক অসিদি কনানো?
পুক্নীদা অসুম তনবা হেঞ্জিল্লকপসি
লাইবক ফবা অমনি,
হৌজিক্তি শিবদা কিবক্রে।

*( ১৯ ফেব্রুবাবী, ১৯৯৬)*

# লমতাগী নুমিদাংবাই*

শন্নাংনা বাই বাই তারবী
মীয়ায় চন্নবী নূপী অমনা
মশাদা ফীজোল থোংদনা
লোংনা য়াতাদুনা হীপ্পগুম,
অমংবা নোংগী মমিনা শন্নবা
লৌবূক লমহাঙদা
শাংথ লেংথ তাবি
লমতাগী নুমিদাংবাই।

নাপু শারবা অহাঙবা চীংদূম অনীগী
হাইথরকপা নাপোমশিংদা হৌরিবা
অনৌবা মনা চোংখংলবা
উপালশিংগী মবক্তা
পাইহরি মচু মচুগী কুরাকশিংনা
হাইনা হন্না।
জগোয় শাবি
ঈংনা তপ্পা
উপাল বাপালশিংনা
নুংশিংকী শহমদা।
লোইরোই তারকপা
চীংশাং পরেংগী ফৈবাক অনীদা
নুংশাগী মঙালনা য়ৈরকই
ঈরং লংনা।
উচানশিংগী মনানা কুপশিল্লবা

অমম্বা লোক্তা
অমুবা মমিনা শন্দোক্লি।
মমিশিংগী মরক্তা
সনাগী মচু কাপ্পি।

অদুগা ঐগী হকচাংগী
শিংলী নাউরীশিংদা
ইখঙ খঙহৌদনা চেনখি
অশাবা ঈগী ঈচেল
নুংগী যুগকী মীগী।

মীৎকুপ খবা
মঙ মঙলুই ঐহাক্না ঃ
মনাঙ হৌববা ঐনা
কবিগুম্বা হৌবিবা উপাল ওইবম্লবা
লৈবাক্না ফাজিনবা নাম্থোকপা ঙমদনা
কযাদা ৱাগদবা।
অমংবা নোংগী মপৈনা
নোংজাবাগা চাম্নোক্লখি
নোংচুপকী চাংগী মকমদা।
থা মচেৎ শানা পাইবিবা
অঙৌবা উবোক্কী পবেংনা
ঐবু য়েংনা নোক্লকই।
কবিগুম্বা ঐনা উপাল ওইবম্লবা
কযাদা ৱাগদবা।

মক কোক্লবা উপাল অমগী
উশাদা কোল্লিবা খুনুখরঙ অমা
মশাদা হুমাং শীষ্থে

উইশিল্লমই মমীৎ অনী,
লেকথরমই মাশা অনী।
অদুদগী
অকনবা নুংশিৎকী শহুম অমদা
খংপ্রেক খংনা পাইথোকখি!

হৌজিক্তি নুমিৎ তারে!
অচোৎপা লৈবাক্কী মনম্না মালংদা শন্দোক্লুবদগী
হঞ্জিল্লকই মশাদা।
অশাবা ঈগী ঈচেলনা
হঞ্জিল্লকই অঈংবদা
নুংগী যুগকী মীগী।

উচেকশিংনা পাইখি
অথাপ্পা উমংদা
মহুম তম্না।

*(৭মার্চ, ১৯৯৬)*

---

* শৈরেং অসিগী অহানবা ইখিবা মতম ইং ১৯৯২ গী মার্চ থাদা ওইবমগনি খল্লি। মসিগী ইংলিশতা হন্দোকপা অদু "ইন্দিয়ান লিটবেচব" (১৫৬শুবা মশীং, জুলাই-অগষ্ট ১৯৯৩, ভোল ৩৬, নম্বব ৪. অফোঙবা সাহিত্য একাদেমি, নঈ দিল্লী) দা ঐগী হন্দোক্লবা অতোপ্পা শৈবেং খবগা লোয়ননা ফোঙখ্রে। মমিং লৈববা ইন্দিয়ান ইংলিশ কবি শ্রীবোবিন এস ঙাঙোম্না হন্দোকপনি। হান্না ইখিবা শৈবেং অদুগী মেনুস্ক্রিপ্ট থিবা ফংদ্রে। শৈবেং অসি লাইরিক অসিদা হাপ্নীংলকপদগী ইংলিশতা হন্দোকপা অদু য়েংলগা— বাহৈ বাতা, ইমেজবী অমসুং ভাবকী ঈচেল অমুক হন্না শেমদোক শাদোক্লগা, পবেং খরসু হাপচিল্লগা— ইনৌ নৌনা অমুক মণিপুরীদা ইথোকপনি। মরম অসিনা মপূং ওইবা ভাব অদুবুদি মাঙহন্দবা থম্নবসু— শ্রীরোবিনগী ইংলিশ অনুবাদকা পুথোক্লিবা মণিপুবীগী মশক অসিগা য়াম্না খেন্নবা উবিগনি। শৈরেং ইবগী তারিখসু অমুক হন্না ইথোকপা অসিগী ওইনা থমজরে।

# সিংহাসন

স্বর্গগী লৈবাক্তা
অঙাংনো শেম্বা সিংহাসন্দা
মীত্তাঙবা লাইগী নিংথৌনা ফম্মু য়াদে।
করম্বা অশোয়বা লৈবনো
করম্বা অরানবা লৈবনো?

(২১ মে. ১৯৯৬)

# নীংতম্বা

ঐগী পীক্লিবা অমত্তা পোকচবা ইচানুপা
চেক্লা মচাগী পাংখক ওইবদে
পাইখবে মনীংতম্না নোংমদোন ঈপাক্তা।
চহী কযা চঙনা মহাক্কীদমক শাখিবা
হাঙহৌবে সনাগী পোন।

(২১ মে. ১৯৯৬)

# মীকোক থীবা

ঐনা যূমথোঙ খূদিং কোয়না চত্তুনা
মীকোক থীরুই।
লম অসিগী খুন অমা লৈকায অমা
যূম অমগী
অঙাং অমা মাঙখি, কুইবে হল্লক্তবা।
অতোপ্পা খুন অমা লৈকায অমা
অতোপ্পা যূম অমগী
অঙাং অনী শিখ্রে মঙা মাঙখ্রে
যূমদা হল্লক্তবা থা কযা চহী কযা ফাখ্রে।
অতোপ্পা খুন অমমুক
অতোপ্পা লৈকায অমমুক
অতোপ্পা যূম অমমুক,
হঞ্জিন হঞ্জিন্না হংলুবা বাহং
হঞ্জিন হঞ্জিন্না ফংলকপা পাউখুম ঃ
অঙাং তবেৎ মাঙখ্রে অঙাং তবা হল্লক্রে
যূম মাপন মূৎখ্রে যুম তবাগা হূমদোইগী
মমা মপা ওইবশিংনা
মচাশিংগা কাযনবে।
অতোপ্পা খুন অমা অতোপ্পা শহব অমা
অতোপ্পা লৈকায অমা ঃ
ময়ূম মকৈ লোইনা লৈ
অদুবু মীদি লৈতে অমত্তা
মীগী মীখোন তাদে
(হুই হৌদোঙ ষণ ইবোইগী খোঞ্জেল নত্তুনা)

খুত্তাক লানশি নুংথিল পোবোপ্তা।
অদুগা
কোম্বোঙ খুদিংদা অনৌবা মোংফম অমমম লৈ ◦
লৈ কত্তুনা
চে অঙাঙবা অশংবা পবেং ত্তিংদুনা
ফেম্ভুন থেত্তুনা।

২
ঐনা লম অসিগী যুমথোঙ যুমথোঙ চঙদুনা
মীকোক থীবই।

ইমু, খুদিংগী মমা মপা
মপা মতাশিংগী
অবাবা অনী অনী লৈ।
**অহানবা অবাবা** : মচাশিংগা মশুশিংগা শেংনবা কায়নবা
শিখিবা নংত্রগা মাংত্রিবা।
**অনীশুবা অবাবা** : মখোয খুদিং কপ্পীংই
কপ্পবা ঙমদে ব্রাদবা ঙমদে ফীভম অসিদা
অদুবু নোক্তবা যাদদুনা নোকথোক্রে।

৩
খুন খুদিংগী
শহব খুদিংগী
লৈবাক মীয়ামগী
অনৌবা ব্রাকৎ অমমম লৈ :
ঐখোয য়ুম পামদে
য়ুম লৈবগা কৈদৌনগনি
লৈবিনবা মীদি লৈতনা,
অনৌবা মোংফম পাম্মি।

হিংলিঙৈদা লৈতাখিদ্রবা মখোয়গী থবায়না
শিববা তুংদা পোখাবা ফংজনবা
লেঙদ্রবা শান্তিগী মফম।
ঐখোয় য়ূম পামদে
অনৌবা মোংফম পাম্মি।

(২১ মে ১৯৯৬)

## কূগী কৈথেল

হৌজিক্তি লমদমসিদা
লাইরবা ইনাকখুনবা খেন্নবা লৈতে,
মী খুদিংমক মশা মশাগী
কূ অমমম থৌবাং তৌবা তাই
অথুবা মথৌ তাবক্রুগা
মীঙোন্দগী রাযদনবা।
অদুনা কূগী কৈথেল চাউনা কাবি,
কাইখুমফি অঙৌবা শূবদা
ইচন ইচেশিং থবক চিল্লি।
লৈকায অমদা নৎত্রগা খুন অমদা
মী অশিবা থম্নবা অচৌবা শঙশিংনা
লৈতেং ওইবি
লম লমগী ইজ্জৎ ঙাক্লি।
লৈকায লৈকাযগী মাঙপ
লম লমগী কম্যুনিটি হোলশিং
মোর্গ ওনখবে।
মোর্গশিংদুগী মনুংদা
অহাঙবা মফম লৈতে,
তূল্লিবা মীগী হকচাংশিংনা
মবোল মবোল পৈবি।
হৌজিক্তি
হূইনা লমহূইনা নৎত্রগা উচিশিংনা
মীগী শদোং চাদ্রে
মীগী শদোং পেল্লে

মনম নম্বদা ওরে।

অদুনা নাখোক্তনা অমসুং য়াওন্দনা

পেন্না তুমজবা ফংলে মখোয়।

অশাউবা নীংবা কায়বা অমসুং পেন্দবগী

চোইরোল লোনখিদ্রে;

কপখিদ্রে মমঙদা।

অমরোমদা

নৌরিবা অঙাং নান্নাশিংনা

অনৌবা মশান্না অমা ওইনা

মশা মশাগী মথবাক্তা ঈ শীম্বুনা

মখূল ময়াম হূত্তুনা থম্মিঃ

নোংমৈ মন্দাশিংনা

ইখঙ খঙহৌদনা পাইবক্লগা

ঈংনা তপ্পা তপ্পা

যাম্না ঈংনা তপ্পা

চঙখিনা ঙম্নবা

উচেক্কুম্না

মঙমশিংদুগী মনুংদা।

মখোযনা নোংমৈ মন্দবু যাম্না পামজৈ।

মদুবু উবদা

নোকচবি মখোযগী পালেমশিংনা।

(২৮ ওক্টোবর ১৯৯৬)

# থোঙ থীনবা

দাঙ দাঙ দাঙ
দাঙ দাঙ দাঙ
দাঙ দাঙ দাঙ
কনা কনানো অহিংসিদা থোঙ থীল্লক্রিবসে
কনা কনানো থোঙদা কাওবক্রিবসে ?
চুম্মি ঐ খঙই
মখোযগী খোঞ্জেলসিদগী ঐনা খঙই
মখোযগী খোঙথাঙসিদগী ঐনা খঙই।
লাক্ক লাক্ক খোঙই হুইশিংনসু
তান্ন তান্নদুনা।

ঐগী ইচানুপী নৌবিবী লৈশাবী অহুম
ফমুং অমত্তদা
মঙ তমদুনা তূল্লিবা
তাইবঙগী মরাল য়াওদ্রিবী,
ঐগী নুপী চহী নৌবিবী
ফীকং ফীবাং খুম্নগা
ঐগী ইমাঙদা কিনা
চেঙ খৈবগুম থক থক নীক্লা লেপ্লিবা,
ইমাঙ মক্তদা মখোয়বু
অনৌবা থুংলবা অতিথিশিং অসিনা
মফি মরোল মফম খঙদনা
নেহত্তুনা তাহত্তুনা
ওঃ য়েংহৈদ্রবা কূম্মৈদু য়েংগদ্রা ?

নংত্রগা কাচিন্দগী থাঙশাং অসিনা
মখোয়গী মখূৎ চন্দ্রিঙৈদা ঐনা হান্না
ইচানুপীশিং অমসুং ঐগী নুপীবু ?

চুম্মি ঐ খঙই
মখোয়গী মরোলশিংদগী ঐনা খঙই
থাংলিবা খোঙথাংসিদগী খঙই
থোক্লগদবা থৌদোক অদু।
লাক্লো অনৌবা মরূপশিং
লাক্লো শান্তি ঙাকপা অতিথিশিং,
ঐবু মীৎ কোৎথোকউ হান্না
ঐবু না পঙহল্লু হান্না।
মমানা পোক্তবা মচাশিং
মচন মচে লৈতবা জীবশিং।

(২৪ ওক্টোবর, ১৯৯৬)

# ঐনা করিগী
# উপাল ৱাপালবু নুংশি
## (কবি য়ুমলেম্বম ইবোমচাগী মফমদা)

ঐগী মব্দপ কবি অমনা
ঐগী মরমদা হাযখি—
"মহাক অশাউবা কবি ওইবম্বদগী
উতোন বাতোন যেংবা
নোংখক কবি ওইবক্লে।"

চুম্মি।
মীগী মশক যেংগে হাযববদি
পাউনা বাক্তাবদা ফম্মতাই,
উপাল বাপাল যেংগে হায়বগনা
ঈবিল তুবেল মপান্দা চৎপতাই।

মীদি ঐহাক ওক্লে
মীদি ঐহাক খাবে,
মীবু ঐহাক্না কি অমসুং তৃক্কৎচে।
উপাল বাপালদি হিংসা তৌদে
লান তৌদে খুৎলাই পাযদে
হিটলব নত্তে ইদি আমিন নত্তে।
যেংউ, মাওগী উমংদা হৌনিবা
নীংথিববা উপালশিংসে,
কাওলুপ মশেল হাত্তোক্রদে,
খোংনাংগা লৈহাউগা খৎনদে

হৈনৌগা থৈবোঙগা
চীন্দা পাউদানদুনা
লাউনদে খক।
কদম নৎত্রগা তমাল পাম্বীনা
মশাদা য়েৎলকপা উবী অমত্তা
থদৎপবা
নৈহৎপবা
চিংথৎপবা
ইঙ্গুববা লৈখা তানা?
হেন্নদুম নাউকোন্দুনা মথক্তা কাহল্লি,
শেমহল্লি ফজববা উবীগী বন।
মাল্লিকা মালতী জাতি যূথি
হো উনা মী চীক্তে
উনা মী নেক্তে
উনা মী হাক্তে
উনা মী চাদে
উহৈ অমসুং উকুমদুম পী
শা শল উচেক বাযা
তাংই লোইনা মাগী মপালি,
শেংহল্লি নুংশিৎ।
মদুগী তৌবিমল ওইনা
মীনা উপালশিংবু
ককথৎলি যাঙ্গুৎলি তোবা তুনা।
লম্মৈ থাদুনা
মাঙহল্লি উমং কযা চীংমায কয়া
উফুল ওলহল্লি
তুমহল্লি উং ওইনা,
লৈকংলা ওইহল্লি।
মীবুদি লিন্নসু হেন্না ফৈ

কিং কোত্রা
কিং কোত্রা।
লিম্না কৈদৌঙৈদসু
মীবু তাম্দুনা চীক্তে,
মীনা মঙোন্দা থেংঙুবগদা চীকপনি।
মীদগী হেন্নদুম কৈবু কিবিদে ঐদি,
কৈসু মপূক লাম্লগতা
মচীঞ্জাক লৈত্রগতা
চাবনি মীবু।
মীদি মপূক লাম্লবসু লামদ্রবসু
অঙম অঙম্বা হাত্তোক্নে
শেগায শেগায চাথোক্নে
নুপী অঙাং, অশোন অনা যেংদে
হাংপদা মীশক যেংদে
চাবদা চাল্হাউ থিদে।

ঐগী মরূপ কবি,
কবিগুম্বা নঙনা উ ওইবম্লবা
নহাক ঐগী লাইনি
নহাক ঐগী ঈশ্বরনি।
অকংবা উসু ওইশনু
সাবাস,
নখোঙ ঈংহনগনি মীংকী পি ঈফুংনা।

*(২০ ডিসেম্বর, ১৯৯৬)*

# পীক্রিবা ইচানূপাগী বাহং

অঙনবা অয়ুক অমদা
পাউ-চেদা য়াওবা
নোংমৈনা পান্দুনা শিরবা
নহা অমগী ফোটো উৎলদুনা
ঐগী পীক্রিবা ইচানূপানা হংলকই ঃ
"বাবা, শিরিবা নূপা মচাসিগী মশকসি
ঐ মান্দ্রা ?
করিগুম্বা মহাকসিনা ঐ ওইবম্লবদি
নহাক কমদৌগনি ?"
ঐহাক শ্বায় লাউই ইচাগী বাহংদা
তু চুংই !
পাউখুম পীবা ঙমদে
মীত্তগী পি তারকই।

মতম অসিদা উরিবা
লমফাংলবা লম্বীশিংসে
করম্বনা অচুম্বনো
করম্বনা অরানবনো
ঐহাক হায়জবা ঙমদে।
ঐগী মীত্তদি তত্তনা উরি ঃ
অশিবগী তমথীরবা লাইশিংনা
পীক্রিবা নাবা কয়াগী
মতুং কোয়ইন ইম্বদুনা
নুংশি হৈত্তনা হাৎননবা

অচেংবা ঙাইদুনা লৈবা
লমদম অসিদা।
অশংবা নোংমদোন ঈপাক্তা
মনীংতম্না পাইদুনা শান্নজনীংবা
নুংশিরবা উচেক মচাশিংনা
অকনবা নোং নুংশিত্তা
চীংমাযদা যৈশিন্দুনা শিবি
ঊনা কেনবগুম্না কেন্নক্লি।
ওঃ অঈংবা মতম কৈদৌঙৈ লাক্কনি?

হৌজিক্তি
ঈগী তুবেল চেক্লে
চীংসু
তমসু
ঈগী ঈচাউনা থৃম্লে
শহবসু
থুঙ্গংসু।

শিথ্রবা অঙাং অসিগীসু
ঐহাক্কুম্বা মপা লৈবমগনি,
শীম্থবমগনি কংদ্রবা মীৎকী পিবা।

(১৫ ফেব্রুয়ারী, ১৯৯০)

# থিবা

ইমা,

নঙনা ঐবু কোযনা থিবি

চহী কয়াসি

ঐগী মব্দপ মপাঙশিংদগী পাউ লৌবদুনা,

খববগী লামাযদা

রেডিওগী পাউদা

থানাগী চে-চাংশিংদা তত্তনা যেংলি।

ইমা নঙনা ঐবু খৌবাংনা ঙাইবি

খাবায থোঙ্গালদা লেপ্তুনা

খুবাক লাইখন শাবদুনা

নুমিৎ খুদিংগী ঐবু যেংলি

তুম্বা চঙদে চাবা চঙদে নচাগী বাখলদা।

ঐসু থিবিনে পলেম নঙবু

ফংত্রবা ওক্ত্রবা নচা কযানা

লম্লানবা মীতোপশিংনা

মশাগী কান্নবতা যেংদুনা

মীনমদুনা হুবান্দুনা লুট তৌদুনা

নচাক নবল লোইনমক খোমদুনা

লৈখা তাহল্লবী

নযূম লৈত্রবী

চাক্লিবী ওইহল্লবী ঐখোযগী ইমা।

নঙবু থিবিনে নচা ঐহাক্না

শহবগী লৈবক খুল্লক্তা

খুঙ্গংগী মফম কয়াদা
চীংদা মান্দা উমংদা রামংদা
লীরিনে ইমা নহাক্কী মাঙখ্রবা খোঙ্গুল।
খঙদে করম্বা নোংজাদা
নহাকপু অমুক ফংগদবা।

অদুগা
নচাবুদি নঙনা নোংমা শোযদনা ফংগনি
ঈহিং নাইহিং শারবা অশিবা হকচাং ওইনা
থানাদা নৎত্রগা মোর্গতা।
মতমদুদা নহাক কপ্পা যাদে
কপ্পা যাদেকো পলেম।
ঐখোয়গী ইমাবু পাঙদবী মৈতৈ চনুনি
কনানা হায়গনি?

(১৫ ফেব্রুবারী ১৯৯৭)

# ঐবু হাৎকনু,
# ঐহাক লমদমসিদা পোকপনি

ঐবু হাৎকনু
ঐহাক্তি মীচম্নি
ঐহাক লমদমসিদা পোকপনি।

চীংশাং মাপলনা অকোযবদা
শাংথ লেংথনা শল্লিবা
পোইরৈ লৈবাক মণিপুর।
চাংগী খুঙ্গং কযা কযা
তম্পাক্কী লমদম কযা কযা
অশংবা উমংশিং
থেক্লা কোযনা চেল্লিবা তুরেলশিং,
পাত্তা তাবিবা উচেকশিং
নোংমদোন থক্তা পাইবিবা
উবোক্কী পরেং পরেং
মখোযবু ঐহাক্লা নুংশিজে
মহৌশাগী মতম্পাক্তা
হিংজনীংই ঐহাক্তি।

ঈচীক হুল্লবা অহিংগী তাংলৌদা
থাবলনা ফীঙৌ ফৌবকপদা
কনাগী চীংগী লমদমদা
তাম্লানা তাম্ন খোংবগে?
করম্বা থাপ্লবা খুন্দা

তু-উবকপা অযুক্কী মতমদা
যেনবাবাবনা খোংবা তাবগে?
ওলাঙ থাগী শাববা নুংথিলদা
ফৌনানা শংলবা লৌবুক্তা
উথুম্না তুম তুম খোংলকপদা
কনাগী থম্মোযনা ঈংদবগে?
মখোযদু ঐহাক্কী খুঙ্গংদনি
মখোযদু ঐহাক্কী লমদমদনি,
মখোযবু ঐহাক্না নুংশিজে।
মহৌশাগী মশাইগোন্দা
হিংজনীংই ঐহাক্তি।

ঐবু হাৎকনু
ঐহাক্তি মীচম্নি,
মীওইবগী যেক্লবা নত্তে
মীগী মাঙননবা খনবা
ফত্তবা মীশক নত্তে ঐদি।
নহাকসু লমসিদা পোকপনি
ঐহাকসু লমসিদা পোকপনি
নঙগা ঐগা অমত্তনি,
লান্না লৌগনু ঐবু।

লৈখোমগুম্না অপঙবা
লোন থোক্তবা মীওই উদ্রিববা?
নাপীগুম্না পীক্লবা
মশাগী মশক লৈজদবা
অশোনবা মীবু নুংশিদ্রা?
লৈখোম্বু হাৎলগা
কবি কান্নগনি নহাক্কী?

নাপীবু থদত্তুনা নুংশি হৈতনা মাঙহল্লগা
কবিনো নহাক্কী তোংজবা?
ঐগী লম্বী থৎকনু
ঐবু হাৎকনু
ঐহাক লমদমসিদা পোকপনি।

ঐহাক মৈতৈ নত্তে মযাং নত্তে
পাঙলস্ নত্তে নাগা নত্তে
কুকি নত্তে পাইতে নত্তে,
ঐগী জাৎ লৈতে
ঐগী কাঙলুপ লৈতে
ঐগী ধর্ম্ম লৈতে
ঐদি চুম্নগী মীওইবনি
ঐবু হাৎকনু
ঐবু হিংহল্লু

(২২ অগষ্ট ১৯৭)

## থাবনবু মৈ থাগে থৌরাংলিবা কনানো

ঙসি মীচীক মীবাউখোল তাদ্রবা
অথেঙবা অহিংসিদা
নোংমদোন থক্তা থোক্লিবা
থাবু থুগাযগে হোৎনবিবা
নখোয কনানো ?
নামিবা নুংশিৎকী ইপোমগা কোন্নবা
অঙৈংবা থাবনবু
শীং শেমদুনা
মৈ থাগে থৌবাংবা,
অপঙবা মী কনানো
ফত্তবা মী কনানো
পাঙদবা মী কনানো ?

চীংনা কোযনা পনশাবা
চীংমীনা কোযনা পনঙাকপা
ইমা লমদম নুংশিবা হাযনবদাইি ?
নোইবেদো ঙসিদি।
হত্তোক্নবগী যজ্ঞগী মৈবিদা
মীগী হকচাংনা
শীং ওইনা যাঙলি।
মীগী ঈনা
ঘী ওইনা হৈবি।
চীংগী লমদা তমগী লমদা
খুল্লক্তা লৈকাযদা

মুশূক মুশূক মুবা তাম্থিগী মপৈ মপৈনা
অকিবা শকফমদা
ভূত প্রেৎকী মতৌগুম্না
তুম্মীন তুম্মীন লেপ্লি।

অদুনা লানগী মযাইনা ঙাওববা
ফৎত্রবা মীওইশিংনা
অমম্ববু পামজদুনা,
অমম্বগী মবোল মবোলনা
মতম পূম্বগী ওইনা
মালেম অসিবু কুপশিন্নবা
থাবু থুগাযনবা হোৎনবি
থাবনবু মৈ থাগে থৌবাংলি।

মীওইবা
মীওইবা
হে ফৎত্রবা মীওইবা,
নহাক্কী অপাম্বা কল্লকপা অশাউবা
নশাগীতা খনবা হূ-চেনবা পূকচেলগা কোন্ননা
উৎকী মপৈ ওইনা
তুম্না মাঙউ নঙসু।
নঙনা চুখিবা মৈগী মৈবিনা মমৈথংদা
ওনশিল্লক্তুনা নঙোন্দা
নশাবুসু ব্রাযদুনা চাকথেক্কনি।
নহাকসু লেমহৌবোই
চেন্দুনা হিংলোই নঙসু।

*(২২ অগষ্ট, ১৯৯৭)*

# অমুবা মঙ

ঐহাক অফবা মী উবা য়াদে
অফবা মীবু মাঙহন্নীংই;
ফজবা পোৎশক উবা য়াদে
ফজবা পোৎশক থুগায়নীংই।
লৈনা শাৎপা উরগা
থদত্তুনা মাঙহন্নীংই;
উচেক্কা নুংশিনা খোংবা তাবগা
খোয়দৌসে শাউগৎলি,
মরৈ শৎনীংই!

ফজরবী নুজা অমনা
অপীকপা নুংশিরবা মচা নুপাবু মখুৎনা শমদুনা
অঙনবা অযুক্তা
মেঙলবা নুমিৎকী মঙান্দা
লীক্লানা চোৎলবা তিংথৌগী লম্বীদা চৎখিবা উবদা
অনাবা হৌরে ঐহাক,
মী হাৎনীংলে।
অহল ওইরবী নুপী অমনা
পুঙৌ ফনেক শেৎলগা
লৈগী পোলাং পায়দুনা
সন্ধ্যাদা
মন্দিরগী লম্বীদা থোবকপা উবদা
ইশাসে থক থক নীকই
খুৎ-শা মরেঙ মরেঙ চৎলি;

মখৌবী মেত্তুনা হাত্তোকনীংই।

নুপীগী ফি থোংদবা অঙৌবা অপাকপা মনঙ্গল উবা য়াদে
নুপাগী মপাম্বোম অচৌবা মবৈ মবৈ তাবা যেংবা ঙমদে,
ব্রেডনা লেম্বৎনীংই।
অপীকপা নাবাগী
তনৌ তনৌববা খূৎচাশিংবু
মবেঙ মবেঙ চৎলিবা
তিল্লাইখোম্বী ওইনা উই।
চূমথাঙগী কালোক কোনবা মচু তবেৎ উবদা
থক চাম্ম চাম্মনা কাপ্পি
নুং-পান থোক ওন্না চাকথেকই।

চাউববা পাৎ অমগী মপান্দা ফন্নগা
নুমিদাংগী থাবলনা কবোক পোক্লকপদা
নুংশিৎকী ইপোমদা মচেৎ মচেৎ কাযববা
ঈশিংদা তাবিবা
থাগী মমি উবদা
ফোঙ ফোঙ শাববা ঈগী মনম নম্নকই
মফম খঙদনা,
ইশাবু থাঙনা থিন্দুনা হাত্তোকচনীংই,
ঈ পকপা থাঙগী অবংবা মযা উবকই।

মাঙদা উবিবা চীংসে
চাউববা চীংজাউসে
মাশা পান্দুনা পাইবি।
উমং অমা লেঙলকই,
মশীং থীঙমদ্রবা উপাল বাপালশিংনা
মপাল মরু ফৃত্তুনা

মখোঙ থাংদুনা চৎলি।
চাউরবা য়ুম অসে
থোঙসু পান্দে থোঙনাওসু য়াওদে;
ফক্লাং মরিগা লোয়ননা য়ুমথক
সুন্দা য়ান্দুনা লৈ।

লৈখাদা
য়ুম অসিগী মপা মক্তদা
অখুবা উচিগী মখুনগুম্বা অমদগী
জাৎ তিন্নদবা ধর্ম্ম তিন্নদবা লোনসু তিন্নদবা
পিশক পিশক পীকপা
খুবীমুক্তা চাউবা
টোম থম ময়াম
মরী মরী চেঙ্খোরকই
ককচেং ময়াম্না চেনবগুম
অমনা অমবু নেৎথৎনদুনা।
মখোয়গী মথক্তা লৈনা লৈনা পাইরি
ফৌরামুক পাক্লবা মাশা অনী খপ্লদুনা
চাউরবা লঙজা অমনা।
অশাবা ঈগী মনম হেন্না নম্লকই!

অৱাংবা চীংথক অমদগী চীংখা ফাওবা
অশাংবা শম্না অনী তিংই;
শম্না অনী অদু যণগী খৌরীমুক চাউই।
শম্না অমনা থোং ওই
শম্না অমনা পাম্বৈ ওই
য়ান য়ান্দুনা কুমথরকই;
উরাংমুক য়াংনা শর নাম্থরক্তুনা
লৈখা য়ৌরকই মীৎকুপ্তা ঐহাক।

অদুদগী

থোঙ অমদা চঙলগা

সিড়ি পরেংদা অসুম অসুম কুমথদুনা

পাতালগী মনুংদা

যম নিংথৌগী কোনুংদা থুংই ঃ

ইশানা মীগী হকচাং

ইঙক্তনা কৈগী মকোক পান্দুনা।

*(২২ অগষ্ট ১৯৯৭)*

# লাংবনগী নুংথিল অমা

ঙসি লাংবনগী শাববা নুংথিল অসিদা
খুনগী মতোন্দা লৈবা
উমংলাইগী লাইবুংদা
কাক্লা লাক্লা লাক্লা খোংবা তাবদা
অকিবা পোকই।
বাম বাম
রাম বাম,
ফত্তবা পাউ পুবিখো
অফবা পাউ পুবিরকউ।
ঐগী শৃমাঙ মতোন্দা
পুখ্রী মপালগী তিংথৌ মবক্তা
মঙক নোযনা নোযনা চৎলদুনা
চাক্তাবি লম খুনুশিংনা,
কুক্রু-কু-কু, কুক্রু-কু-কু
নুংশিনা খোংলকই।
ঙবাং অহিংগী অকিবা মঙ অমবু নীংশিংবদা
পুক্লীংবু তত্তনা ওৎলি।
ঙসিসে কবি থোক্রগবা
করি পাউবু তারগবা?

ঙরাং খুনগী শঙ্গাবুংদা
নুপা নুপী নহা অহল খাক্তনা
ইমুং ইমুংগী অরৈবা মী পুন্নমক
মাইক পান্দুনা কৌথোক্রগা

পুং কয়ামরুম লম্পাক্তা উপহন্দুনা থম্বা
ঐগী মঙদা উরমই।
শারবা নুংশাগী মৈশা
অরাম খৌরাংবগী মৈচাক
বানা খাঙলমই মখোয়না।
মাংনীংবা
মপাল থোক্লীংবফাওবা
লেঙবা হৌগৎপা য়াবমদে.
উপ্পা উপ্পা
হক্কী ঈশিং খাইজিল্লি র্মফিদা।
অদুদগী চোবফোন মচুগী ট্রক মযাম অমা খৌবক্লগা
মদুগী মথক্তা হাপ্তুনা
যান্না থাপ্পা পুখি
খুঙ্গাশিং অদু মফম খঙদনা।

ঙসিসে কবি খৌদোক থোক্লগবা
কবম্বা অনৌবা পাউ তাবগবা?
বাম বাম
বাম বাম,
ফত্তবা পাউ পুবিখো
ফবা পাউ পুবিবকউ।
লাংবনগী শারবা নুংথিল অসিদা
খুন অসিদা মীগী মীখোন তাখিদ্রে
উন-বাইমুক চীকখ্রে।
য়ুম্লক্তা লৌবুক্তা সডক্তা
কনাসু উদে
কনাসু চত্তে।
ঐগী পুক্নীং অসে
কিবনা তনিক তনিকই

শ্বায শ্বায লাউই।
ঙরাং অহিংগী মঙ অদুবু মঙ নৎত্রববা
অশেংবা ওইবববা?
গাডীদা হাপ্তুনা পুখিবা খুঞ্জাশিং অদু
অমুক হল্লক্তুবরা
মখোয কদাযদা চৎখ্রে?
খুনগী ইমাশিং
খ্বাঙশেৎ মচি লাংদুনা
খুত্তুম শীংদুনা চৎখিবা
কবি থোক্রমগবা?
পাবা চাউদবা নারাশিং
শঞ্জেন শনঙাক ঙমদ্রিবশিং
কপ্পা কপ্পা পুখিবা
উবি মীৎসিদা।

নোযনা নোযনা চৎলিবা
লম খুনুশিং উকব্বদা
লৈখিদ্রবা ঐগী ইমুং মনুং মবী মতা
খুঞ্জা ইপা ইপুশিং নীংশিংলকই।
মখোযগী যাইবী থব্বাযনা
খম্নুং শরা লৈবাক্তুগী
লম খুনু ওল্লগা পাইবকপবা?
কবিগীনো ঐহাক্না ঙসি
মখোযবু উবদা কপ্পীংলিবা?

*(৭ সেপ্টেম্বর ১৯৯৭)*

# স্লিপ ব্রাকিং

নোংমা নোংমগী মনুংদা ঐহাক
চাম্মবক হন্না হন্না শি—
অশি অনাগী পাউ তাবদা
রেডিওগী পাউদা
খবর পাবদা
খববদা ফোটো উবদা,
থোপ চাইখাযবা
ঈনা বার্টিন বার্টিন হৈথবা
মঙক তৎপা
মখোঙ মখূৎ তৎপা
মর্মাং কোৎথোকপা
অকিবা শকফমশিং উবদা,
অতোপ্পা শিগ্র শিগ্রবা
ঐনা নুংশিজববা মরূপশিংগী মবমদা খনবদা,
ইশাগী নৎত্রগা ইমুং-মনুংগী মীওইশিংগী
লায়না ভাঁন্নাগী মবমদা খনবদা,
লম্বীদা চৎলিঙৌদা ঐহাক
এক্সিডেন্ট থোক্কদ্রা খনবদা,
সিফাযগী
শোযদুনা নাম্ভোবকপা নোংমৈ মরূনা
পানগদ্রা খনবদা,
হন্না হন্না শি।

চৎনা চৎনা অশিবগী মঙ মঙই

তূমা তূমা তরঙদা চৎলি
তরঙদা সাইকল থৌই
মী অমসুং গাড়ীশিংনা
খূরক হাঙদ্রবা লম্বীদা।
অশিববু কিজবনা
কিমন্দুনা থক থক নীকপতদা
নীকপা অসিবু ফাথনবা হোৎনবতদা
হমাং কাংঙি
মসিদবু লানগদৌরি।
অদুবু
অন্তকালগী মতাঙদু লাকপদদি
নাম্বোকপা য়ারোইদো
চেন্দুনা হিংলোইদো
মীৎকুপ অমত্তা পম্বা য়াদনা
হনখিনিদো মফম খঙদবা লমদমদুদা।

অদুগা অমসু লৈরিদো
মীনা তাবদা নুংশিরোইদবা
য়েনীংগদবা।
শেলগী মরমদা ঋনবদা
শেল পায়নীংবগী লায়নানা নাবদা
হঞ্জিন হঞ্জিন শিরিদো ঐহাক অমুকসু।
লূপা খাউজাউ খাউজাউ পৈনীংবগী
অৱাংবা দলান্দা লৈনীংবগী
মখাদা চৎপা পিশক পিশক পীকপা
চাদ থক্তবনা কংলবা মীশিং য়েংনীংবগী
তাজমহল শানীংবগী
ঙাওরে ঐহাক লৈখৎলক্রে;
অশিবা কাউরে।

কার তোংনীংই
মারুতি খাবক লাক্কুনা থৌনীংই
ফ্রীজ লৈনীংই
শাবেং ঙারেন চানীংই
(ফ্রীজদা খোঙউপ হাপ্নীংই)
ৱাশিং মেছিন পামখৎলকই
মেছিন্না চাক চানীংলকই
মেছিন্না শর শব ৱাকিং চৎনীংই,
শেল লৈরগা কৈদৌনগনি হকচাংনা ফৎত্রবদি।
কোক ঙাওবে ঐহাক ইপাই হৌবে,
চক্র উঙলে।
ফজবা নূপীদি পামদ্রা
লৈমা চাম্ম চাম্ম মণিশা কোইবালা মানবীশিং?
হুঁ মদুদি হাযবক্কনু পাম্মি হাযদুনা কৈদৌনি
ঐগী নূপীবু কিজৈ।
ঐগী নূপীদি ঐনদি থী হাযজবা শাই
মীনদি মাধুবী ডিক্সিত মাল্লি হায,
ঈকাইদা ঐগী ৱা শোযবা।
মাধুবী ডিক্সিতকা মণিশা কোইবালাগা কন্নানা হেন্না ফজৈ?

ওঃ ইবোবী শিগদৌবে ইবোবী শিগদৌবে,
মহাক ঙাওবে
জগোয শাবে
ঈশৈ শক্রে
মফি থোংদ্রে
দিগম্বর মুনিদুম মাল্লে।
নোক্কদ্রা কপকদ্রা মসিবো?
মহাক লাল্লমদাইদা গঙ্গাগী দবকাব লৈখিদে
'নম্বর ফোর' গী নিশা কচ্চা!

অশিববু কিজবা পাণ্ডদবা নীপা অদো
নুংঙাইনা চৎখি
পৎ তৎখি
অমুক্তদা লোইখি
অনীরক হন্না শিখিদে।
ওঁঃ শান্তি কাপুরুষ
ওঁঃ শান্তি কাপুরুষ মহাপুরুষ!

*(১৩ ডিসেম্বর, ১৯৯৬)*

# মঙ লপ্লোনবা
## অমসুং কবি

আশা লৈগে আশা লৈগে

আশা খবা লৈগে মঙ খবা লৈগে,

হো আশা লপ্লোনবা মঙ লপ্লোনবা।

মঙ লপ্লোনবনা হাযবকই ঃ

আশা লৈত্রে মঙ লৈত্রে

লোইনা লৌখ্রে।

নশাগী চহী যাঙ্খি হাযবক্লে

পুন্সীগী ত'খায হেল্লে,

হৌজিকপু কবিগী আশা

হৌজিকপু কবিগী মঙ'

ঐনা হায ঃ হিংববু চহী যাঙ্খিদা খম্বা যাত্রা'

হিংলিমখৈ অপাম্বগী অবোইবা লৈতে

অঙাং ওইবিঙৈদা

আশাগী মচেৎ খবা লৈবম্মী,

মচু মচুগী ফীজেৎশিংনা তাইশিন্নবগা ফোৎপা

অমনবা কাম্থগুম।

নোংম নোংমগী লোইখি

শীজিন্নমনবদগী পাযবা য়াদ্রদুনা

মতং মতং কেনখি।

শম কেন্দুনা কোক তাঙলকপগুম।

মঙ লপ্লোনবনা হায়বকই ঃ

কেনগ্রবদি কেনখ্রে
মাঙগ্রবদি মাঙখ্রে
মদুদা অদুম লোইরো।

ঐনা হায় ঃ ঐ হিংনীংলি
ঐহাক লোইবা পামদ্রি,
পুন্সীগী অনৌবা মহাও চুপ্নীংলি।
হান্নগী মহীসিদি খারে।

মঙ লল্লোনবনা হায ঃ
মঙদি নৈখ্রে হান্ননা
হোটেলগী গ্লাস চাম্বা
চহী ১১/১২ গী অঙাংশিংনা।
লাইন বসকী কণ্ডক্টব ওইবা
মনাদা সনা যাল্লিবা
নোকপা লাঙবতা পামজবা
চহী ১৪/১৫ গী নুপামচাশিংনা।
সেনেমা হোলদা টিকেট কালাবাজাব তৌবী
মৌ নহাশিংনা লুপ্ত্রাবীশিংনা।
নোংমগী বানা শূকরগা
চারা অনী মপূক থন্না চাবা ফংজদবা
চায়াম পোকপা
শিম্মীশিংনা।
নুংশাদা বানা খাঙলিবা
মুচিশিংনা।
খোঙ গাড়ীগী কোলু ইল্লগা
সড়ক ময়াদা চুহিং য়োনবশিংনা।
মকোক্তা কোকথোং পুরগা
কোয়না চংপা প্লাস্টিক্কী পোংচৈ য়োনবশিংনা।

য়োংতেক থাঙতেক খোম্বা
স্ক্রেপ লপ্লোনবা নুপাশিংনা নুপীশিংনা।
মহাজনগী ট্রকশিংদগী ছন্দোক্রম্বা
আলু খূল্লগা য়োনবীশিংনা।
অদুগা হোটেলগী কেবিন্দা লোম্না চঙবী
নুপাগা খাইনরবী
ফূরীৎ কোৎথোকপা লীৎপী মৌ নহাশিংনা।

ঐনা হায়ঃ ওক্রে ওক্রে, সাবাস;
মখা তারনু।

মানা হায়ঃ ওক্ত্রি লোইদ্রি।
রাজনীতি য়াওবশিংনা
সোসিয়েল বার্করশিংনা
এন. জি. ও. গী থৌ পুবশিংনা
ছাত্রগী লুচিংবশিংনা:
কলেজ লিংখৎপা,
সার্টিফিকেট লপ্লোনবা,
অশাবা এপোইন্টমেন্ট ওর্ডর লপ্লোনবা,
অদুগা গঞ্জা লপ্লোনবা
'নম্বর ফোর' লপ্লোনবা...

ঐনা হায়ঃ ওক্রে তোক্রো;
মখা তারনু।

মানা হায়, ওক্ত্রি লোইদ্রি।
নোংমা লাকই নহা থরা নুমিদাং অমা,
"আশা পীগেরা নৎত্রগা নমদুনা লৌরা?"
ঙংলদুনা হায়রকই ঐঙোন্দা

ইচানুপী ফাদুনা লৌগদবগী মতাগুম,
কোক্তা এ. কে. ফোর্টিসেবেম্না নম্লকই।
ঐনা হংই মখোয়দা ঃ
"নখোয়বু অশেংবা লালহৌবরা নৎত্রগা গুণ্ডাবা
নখোয়গীবু মঙগী আশাগী অৱাৎপা লৈবরা ?"

আশা লম্লোনবনা ঐঙোন্দা অমুক মখা তাবকই ঃ
নহাক মীচমলা, প্রেমীক অমরা,
নৎত্রগা কবি অমরা, অঙাওবরা ?

ঐনা হায ঃ করিগীনো মদু হংলিবদি ?
মীচম্নি হাযনা খল্লু।

মানা হায় ঃ মীচমগী আশাদি শেলদা লৈ,
শেল লৈবগা পূম্নমক লোইরে খল্লি।

ঐনা হায ঃ শেলনা অরোইবা নত্তে,
পুন্সীগী অতৈ মমলসু লৈরি।

মানা হায় ঃ অদুদি নহাক মীচম নত্তে,
মীচমগী পুন্সীদি য়াম্না পীকই অমসুং চম্মি।
রাজনীতিৱালাশিংসু মীচমগা খেন্নে,
রাজনীতিৱালাশিংনা
আশা ৱাংবগী মথক্তা
কারাম চাউই অমদি লমচৎ নাইদে
শগোলগুম্না চোংথোক চোংশিন তোয়না তৌই।
আশা লম্লোনবনা ঐঙোন্দা অমুক হংলকই ঃ
অদুদি নহাক্ প্রেমিক অমরা
অপাম নুংশিদা নীংবা থুংদ্রবা ?

ঐনা হংই ঃ  মদুনা অমুক কদোমদগী?

মানা খুম্বি ঃ  নহাক্কী নমীত্তগী খঙই।
অপাম নুংশিগা থুংনদ্রবা মীশিংদি
মতম চুপ্পা মমীৎ চোত্তুনা লৈ. ভাঙদুনা লৈ।

ঐনা হায ঃ  ঐগী নুংশিবা লৈখি কায়নবা লৈখি,
খুবাক্তগী ব্রেডনা লেন্দুনা ঈ লৌরগা
মুক্কী মহুৎ শিন্দুনা
নুংশি চিঠি কযা ইখি।
অদুবু মদুদি থায়নগী ৱানি;
হৌজিক্তি নুপী লৈরে ইচাশিং চাউরে।

অদুদি নহাক কবি অমবা?

কবি ওইবগনা কমদৌনা?

কবি ওইববদি
লৈবে নঙগী আশা
অযুক্কী নুমিৎ মঙালদা
ত্তিংথৌ মতোলগী লীক্লাশিংগী
তনিক তনিকপা মবীকশিংদা
চেক্লানা পাইবদা নোংমদোনগী শংবান্নবদা,
নুংশিৎকী শহুমদা উনাশিংনা হাই হুম্বদা
আঃ অহিংগী থাবলদা . ।
কবিগী আশাদি ৱাহৈনি কল্পনানি অমসুং মচুগী মঙনি
নত্তে অতৈ অমা।

ঐনা হায় ঃ  কবি ওইরবসু ঐহাক

কল্পনাগী কবি নত্তে
প্রকৃতিগী কবি নত্তে।

ঐগী বা তাদনা .
মঙ লল্লোনবনা মখা তারকই ঃ
হায়য়ু কবি হায়য়ু,
থবাম্মিচাকশিংনা থান্নবা
নিংথৌ লৈবাক্কী অরোইবা পংখে কদায়দনো?
মচু তরেংনা লৈতেংলবা
চুমথাঙগী মখোঙনা তাবা মফম
কদায়দা ফংগদগে?
মীনা হায়নবদি তারে লমদম অমা লৈ হায়বা
ফজরবা কুরাক্কী মপৈ মপৈনা ইপোম নাইনা
তুরেল ওইনা চেনবা।
মফমদুদা ঐহাকপু পুবিবা ঙম্বরা?
নংত্রগনা
সনা খোংনাং পাম্বীতনা থল্লবা উমং অমগী
চীং-লেল্লবা উপালশিংনা
লৈবাক্তগী মপাল ময়া ফুক্রগা
মখোঙ পান্দুনা চংপা মফমদা
উরোক ওইনা ঐবু পাইহনবিয়ু।
হায়য়ু কবি,
চাংজৌ নাইদ্রবা ঈশিংগী ঈপাক্তা
ঈংনা তপ্পা তপ্পা হি হোল্লিবা
হীরোয় অদুগী পম্বুং কদায়দনো?
নুমিদাংবাইগী সনা মচুনা শন্দোক্রবা অতিয়াগী থাকলগা
অশংবা ঈপাক্কা অনীগী তাইনফম লৈইদা
লৈবরা মাগী অরোইবা হিদেন?
মীনা ঐবু আশাগী মপু মঙগী মপুনি হায়;

অদুবু ঐহাকসু পুন্সীদা চোকথরবা মীশক অমনি।
হায়যু কবি হায়যু,
পুক্না ঘায়বা হকচাং পোলাং অসিগী পোৎলূম
করম্বা মীৎকুপ্পা থাগনি?
ঐগী মঙ পীগে আশা পীগে
নঙগী পুন্সীগী ওইবা অরোইবা শৈরেং
ঐঙোন্দা পীয়ু।

*(২১ ডিসেম্বর, ১৯৯৭)*

## খাংপোকশঙ

১

ঙসিদি

হৌখ্রবা মতমগী নীংশিং মিংশেলদা তাবিবা
থৌদোক কযাবু যেংদুনা
মঙ মঙলি ঐহাক্না,
থোক্রকই শক্তম পবেং পবেং।

অঙাং ওইবিঙৈদা
কৃষ্ণজন্ম নুমিৎকী অঙনবা অয়ুক অমদা
কৈকুংবমগী ইংখোলগী চাউববা পুখ্রীদা
ঐগী ইচেগা
মহাবলীগী হনুমান ঠাকুরদা কৎননবা
থম্না থম্বাল হেকমিন্নখিবা
নীংশিংলকই।
কৈকুংবমগী ঐজ্ঞা মচা শিখা চাউনা খাকপদুনা
ইচেদা
'কাক অমুবী কাক অমুবী' হাযদুনা লক্লবদা
ইচেনা শাউদুনা মচীন থীদুনা খুম্বদো
মীত্তা শংশঙ উবি
ঙরাংদা থোকখিবা থৌদোকুম্না।
নীংঙোল চাক্কৌবা নুমিৎশিংদা
ইমাগী মতুং ইন্দুনা
মাগী মপাম লমদম খুঙ্গংদা চৎখিবশিং
নীংশিংলকই।

পেচি চীংগোলগী কোনাদা হৌবা খোংনাংবট পাম্বী
মরানা জোটা তাবদুবু
হৌজিকসু লৈবিগদ্রা ?
শজিবু চৈরাউবা নুমিৎকী অঙনবা অযুক্তা
নুমিৎ মশক উদ্রিঙৈদা হৌগত্তুনা
কোংবা তুরেলগী তোর্ব্বালদা
লীক্লানা চামথোক্লবা তিংথৌ মথক্তা চেন্না চেন্না চত্তুনা
ইমান্নবশিংগা লোযননা
লৈবির্গী মাশাশিং থেক্লবা
চাক থাফমগী লৈকোল শেম্লনবা,
নীংশিংলকই।
অদুঙৈগী ঐগী অঙাং ওইবিঙৈগী মরুপশি
বাজেন বাজো বিজয় বিধু ইবোতোম্বী
ঙসিদি মখোয লৈখিদ্রে।
অশিবগী মখূৎনা
পুখবে মখোয ঙম্লমক
শকখঙদবা লমদম অমদা।

নীংথম থাগী মতমদা
স্কুলগী পরীক্ষা লোইবদুনা
হবাও তয়াম্না
লৌবূক্তা চেন-চোংদুনা তেলঙ্গা পাইদুনা শান্নবা
কাউথুম তান্দুনা চাবা,
খোংবান্দা লৌবীযাগী কোমদা
লৈখোম মবক্তা কূমদুনা
ঙা ফাবা
ঙাপ্রুম তানবা,
ওঃ কয়াদা নুংঙাইখিবা।
লাক্লরোই মতমদো অমুক হন্না,

লাক্রুরোই লাক্রুরোই লাক্রুরোই
অমুক হন্না লাক্রুরোই।

২
ঙসি অয়ুক্তি
ঐগী ইচেদো
য়ুমদা লাকই
য়াম্না কুইরবগী তুংদা।
চহী মতাঙ চাদনা
পোক্লা ঙৌরে মশমদো।
মানা যেংকী মথূংনা মখদাঙ শৌবগা
লৈশাবী শবী শাদুনা লেপ্পা,
ঐনা অহোবা য়া হিগত্তুনা
ছাটিন পাযরগা মনাক্তা লৈবা
পুখ্রী মপান্দা নম্বা
ইবানীগী অঙাং ওইরিঙৈগী অপূনবা ফোটো,
মন্নদুনা নাপু শারদুনা
হৌজিকসু লৈরি।
চহী তরানিপাল হায়রক্রে ইচেগী মপুরোইবা লৈখিদবা,
মচা মঙাগী পোংলূম পুবদা
বাজরবী মহাক্নি।
নোংমতবু মতেঙ পাংবা ঙমদে;
মানসু বারে নংঙে হায়দুনা
নোংমতসু ঙারদে।
মথৌনা লৈবী নূপীনি।

চুম্মি, ঙসিদি বাকচীংগী তরানিথোইনি পানবা
ইমোইনু ঈরাংপা নুমিৎনি;
লাইনীংথৌদা কৎনবা

ঙা অঙৌবা থিল্লকপনি।
ইচেগী মশক উবদা ঐহাক
কপ্নীংলকই।
ঙসিদি মাগী মমায়দা
অশিবগী কোকণ্ডমদ্রবা দাগফম অমা
হক্কুনা লৈবগুম উখি।
ব্যঞ্জিনা শিরমদাইগী মতমদা
ইচেবু ঐঙোন্দা শিন্নরম্মী
নমা শক্লা নাউকোল্লু হায়রমই।
মপুরোইবা লৈখিদ্রবা চহী ওন্দ্রিঙৈ
মক্ ইবুঙোসু থূপখি
অদুদগী বাজি শিখি।

ইচেগী বাখল খন্না খন্না
ঈংলবা নুমিদাং থাবলদা
অথেঙবা অহিংদা ঐহাক য়ুমদগী থোক্লকই।
ঙসাই ঙন্নিঙৈগী লম্বীদা মৈ পরেং থানবা
মীয়াম লাওদুনা চৎপা
হৌজিক্তি লোইখ্রে।
মঙগা তাইবঙগা অনীগী লংদাইদা
ঙাওচৎননা খোঙ থাংদুনা
হেলোয়না পুবা মীগুন্না
অসুম চৎলি অসুম চৎলি ঐনা।
নোংচুপ হারম পাংবেদা
খূদৈ ফীশাং থারবা
চুমথ্রিং চুন্নবা শাংলবা লম্বী অমদা
অসুম চৎলি অসুম চৎলি।
লৌবূক লমহাঙ কয়া লাপ্লে

খুঙ্গং কয়া তুংওইনরম্লে;
চৎপগী অৱাবা পোক্তে।

উপাল ৱাপাল কয়াগী মরক্তা লোৎলিবা
নোংমদোন্দা থোক্লিবা থাগী মশক য়েংদুনা
অঙম্বা চীংগী লম্বীদা
ঐহাক অসুম কাখৎলি।
য়ুম অমত্তা উদে
খুন অমত্তা উদে
মী লৈবগী শমিন্দি লায়রদুনা
শা যণ
হুইগী হুইখোলফাওবা তাখিদ্রে।
মচী মচাদা অতেক অকায় মপৈ মপৈ
যুম মৈ চাকখিবগী মখাক্তি উবা ফংই।
কাঙলুপকী হাৎন শুনবগী লান্দা
চীংগী খুঞ্জা পূন্নমক
লোইনা শিখ্রবরা
নৎত্রগা চেনখ্রবরা?

অঙম্বা চীংদোন্দগী কুমথরকপদা
অপীকপা থেন অমা ফংই।
থেনসিগী নোংচুপ্তা
চাউরবা তুরেল অমা চেল্লম্বা
ইখঙ খঙহৌদনা উরকই।
তুরেল অদুগী ঈশিংগী মচু ঙাংশঙ ঙাঙই
ঈগী তুরেল মাল্লি।
তুরেলসিগী ৱাংমদা
অথাপ্পদা উরকই অপীকপা খাংপোক অমা:
মুশি মুশিবা মৈঙাল শন্দোরকই
অহোবা ফক্লাংদা।

ঐহাক্কী পুক্সীংসে মথুম মরাঙ হৌরকই
অকনবা ঈথক ইপোম্না
থনুংগী লৈবাইদা থেংলকই,
খাংপোক অসি তম্না চৎনীংই।
কনাগুম্বী শকহেনবী চীংগী চনূ অমনা
মখূৎ হত্তুনা
ঐবু কৌবগুম তৌবি।
ঐহাক চৎপতাই ঐহাক চৎপতাই
ঐহাক শোযদনা চৎপতাই
মাগী মনাক্তা।
খাংপোকশঙ অসিগী মনুংদা
চকগী কাংথঙা ওনমিন্নদুনা
মহাক্কী মশাদগী শেৎলিবা ফীজোলশিং লৌথোক্লগা
লংলবা থাদা মোনখাঙনদুনা
রায রায তাবা মাগী শম্লাংনা
ইমায অসি কুপশিন্দুনা
ঐহাক তুম্লাংই
অশিবগী মখূৎনা শুমদুনা।

হৌজিক্তি নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌবক্রে,
অসাংবা ফীজোল শনবগুম্না
মঙালগী মচুনা চাইবক্লে
লীক্লানা চোৎলবা
উনা থক্তা উশা থক্তা।
উচেক্লা খোংবা তাবক্লে।
অঙম্বা তুবেলগী তোর্বালদা
কুমথবা হৌবকপদা
ইথা থাজদনা খোঞ্জেন অমনা

তুংলোমদগী হায়রকই ঃ
“ইবুংঙো নহাক চংপা য়াবোই
তুরেল অসি লানখিবা য়ারোই।”
হন্না য়েংথোকখিবদা
ঐগী ইচে ওইরমই।
চহী মতাঙ চাদনা পোক্কা ঙৌরবী ইচেনা
ঐগী খুৎ পায়দুনা খামই।

*(৯ জানুয়ারী, ১৯৯৮*
*ইমোইনু ঈরাং নুমিৎ)*

# শ্রীলেখক্লী মফমদা ঃ
# কোলাজ অমা

১

মরূপ,

নহান নোংমো নঙগা ঐগা

য়ু য়োনফমদা ফম্মিন্নদুনা

মায়গা মায়গা ওনশিন্নদুনা

ৱাবী শামিন্নখিবা

য়ু থকমিন্নখিবা

নীংশিংলকই।

কপ্পীংই ঐহাক ঙসিদি,

তুংদা ওইবক্কদবা ঐগী মরূপ 'মিলটন' অমগীদমক

অনৌবা মীৎ অনী ফংবা ঙম্লবদি

ঐগী খূৎ ওয় ককপা ঙমগনি।

২

শৈবেংবু ঐনা মতম অমদা

নুংগী মপৈ ওইনা পৈশিল্লি,

হৌজিক্তি

চেক্লে ঈশিংগী ঈচেল মখোয়গী মরক্তা

তপ্পা তপ্পা

য়াম্না তপ্পা।

ঈশিংদি মচি পান্দে

শৌশৌ লাউদে

মতু হৌদে।

৩

মালংবনা ঙাইবি লৈগী খাংপোক্তা
থা থোরকপা।
করম্না খঙগনি মাদি
ঙসিগী অহিংসে
থাশিনি হাযবা।

৪

মখোযবু ঐনা ফংহল্লি
থুংনবগী কায়নবগী
অনকপগী অথাম্বগী
নুংশিংকী নোংগী
লৈচিনগী উচেক্কী
নংত্রগা মৈচাক্কী
মপাউ মপৈ মপৈ।
অদুগা ঐগী পূক্লীংগী যাবাদি
হংলদে কনামত্তনা।
যোংনা শাবা হকচাং ওইববসু
নত্তে ঐগী থম্মোয়দি লোন থোক্তবা।
হায়রকই অসুম্না 'লেটব বোক্স' অমনা।

৫

লৈচিন্দা য়েংই
অহাঙবা
নুংশিত্তা য়েংই
অহাঙবা
উপান্দা য়েংই
অহাঙবা
উহৈদা য়েংই

অহাঙবা

লৈদা য়েংই

অহাঙবা

উচেক্তা উনাদা মতুদা মমীত্তা

মহীদা মনিন্দা মনমদা

অহাঙবা অহাঙবা।

ফক্লাং অমা, যুমথক অমা, ফৈরা অমা,

মীৎনা উই মনাক মনাক্তা চঙই নকশিন্না

খূৎনা শোকপদা কনকন লাউই,

অদুবু অহাঙবা।

৬

লৈমায়দা মীৎকী মীৎযেং থম্বদা

উবকই ঃ

খোঙউপ অমা, সাইকলগী চাকা অমা,

থৌবী অমা, অমনবা পাউ চে শেগাযবা অমা।

চাকা অদুগী মনুংদা ঈশিং তুংই

চাদুনা শান্নে ঙা মচাশিংনা

স্পোক তাবাশিংদা

অপীকপা মচীন্না রাইব রাইবদুনা

উচি অমনা মোরোক অমা চেনখি।

খোঙউপকী মনম নমথী,

লংফৈ চৎপা মীনা

খোঙউপ্পু হি ওইনা তোংই।

৭

টেবল অসে মখোঙ মবি পাল্লি,

মখোঙগী মবক্তা অহাঙবা।

চফূ অসে মতূম তায় মখোঙ পান্দে

মঙক্তগী মশা ফাওবা মুরৈনবা মচুনা
শাংনা শাংনা চিংথৈ
মপূক্লা খিল্লি অচোৎপা লৈমায়দা
চরুনা কোনবা ফৈজা অমদা;
মপূক্কী মনুংদা অহাঙবা।
অহাঙবা পুন্নমক ঐগীনি হায়না
নোংমা ঐনা ৱাকৎলি লৈবাক অসিগী ৱায়েন মপূদা।
লৈমায়বু ঐগী ওইবা ফংদ্রবসু
অহাঙববু দখল তৌবা ঙম্নবদি
ইরাযবক ফৱনি।
ঐহাক্তি চক্তে থক খোঙনা লৈমাযদা।

৮

আলমিবাগী মনুংদা
চুমথাঙ খল্লি
মনম্না শবা শক্লে,
চুমথাঙগী মখোঙদা
ঊচিশিংনা চীক্তুনা শান্নরি।

৯

ফিয়ানখোক্তো ফূরীৎ অমা যাল্লি
খূদাং ককই অমসুং লাওই
কুদামগী মচু সনাগী মচুনি;
ফূরীৎ খূদাংগী মনুংদগী থিন্দোরকই পাম্বোম অনী।
ওয়গী খূদাংদা ঘড়ী শি 'সৱার প্রাইমা'।

১০

কাংথোন অসে মখোঙ মরি পাল্লি
নমঙাসু য়াওদ্রে ফম্পাকসু য়াওদ্রে

মৈখু চুদুনা মুশূক মুরে;
চহী তরাতরেৎকী মমাঙদা নোংমা অঙনবা অয়ূক্তা
ঐগী বাজি মসিগী মথক্তা থূপখি।

মাগী তাঙলবা চিরাই হৌজিকসু উরি;
অদুবু অহাঙবা।
মাগী মমীৎ অনী হৌজিকসু উরি
অদুবু অহাঙবা।
মাগী মখোঙ মাগী পাম্বোম
মাগী খূৎচা খোঙশা
মাগী শরূ মাগী উৎ
মঙ নৎত্রগা নীংবা কায়বা
হৌজিকসু উরি;
অদুবু অহাঙবা,
লোইবা নাইদ্রবা অহাঙবা।

ঐখোয়গী অমনবা চেক্কী দলান মথক্তগী
অখূবা সিড়িগী থাক্তা
কাংথোল অসিদা হীপহল্লগা থাংথরকখি
দোলাইদা পুবগুম্না য়াম্না ৱানা
'পেখিড়িন' কাপশিন্দুনা পঙথরবা
কেঙ্গরনা নারবা য়াম্ফক তাববা বাজিবু।
নহান নোংমা শক্তম অদো মঙদা উখি।
মঙদদি মহাক ঈহিং নাইহিং শারবা
শামুমুক চাউরবা অশিবা শা অমগুম্না
ক্রেন্দা য়াল্লগা পুথরকই।
মঙ অদুনা ঐবু শাথীনা ওৎখি!

১১

খ্রাইস্টমবন্দ কৈথেলগী থোং নম্বোনবীদা
মীনা কৃক কৃক ইন্নবা চৎলি;
অঙাওবা অশংবা অঙৌবা
নাপু মচুগী ফীজোলশিংনা

মৃথাঙগী কমলোক খঙি/

মচুদগী নাহুদুনা অহল অমা
নম্বুল তুরেলদা তাখি;
মাগী অশিবা হকচাংনা
অচৌবা ঙা অমা ওনখি;
ঙা অদুগী মপূক মনুংদগী
নূং অমা ফংই।
অসিগুম্বা নূংশিংনা পূনশিন্নগা
অনৌবা থোং অমা শাগৎশি।

১২

নোংমা মখোয়না হায়রমই ঃ
খ্রাইষ্টপু পাং তিংদুনা হাৎখিবা 'ক্রোস' তগী
উ অমসুং য়োৎপীশিং লৌরগা
শাগনি রাংলবা কৈবাক অমা
স্বর্গদা কানবা।
লাক্রে মখোয়দো য়াম্না ফরে
চৎখ্রমাক্লে সৈটানগী লৈবাক্তা।

১৩

নুংশিরবা মরূপ শ্রীলেখক,
ঐগী বাজিবু খুৎ শমদুনা পুহনবিয়ু
নঙগী সম্বাল মতৌ মনাওগী মতুং ইলহন্দুনা*

শহর তম্বা লম্বীদা।
ময়াঙ কংলবা অমুবা হুই অমনা
মমাঙ থাদুনা চৎকনি
মমৈ ফেৎফেৎ হাইরদুনা।
মখোয়না পুরিবা
ফীজেৎ ফীগায়না যোমশিনবা নম্বোদগী
অকায়বা শকয়েং মিংশেল অদু লৌথোক্লগা
মাগী মশক যেংগনি।
মশাগী মমিদু উরুবদা
শোয়দনা শৃক্তোক্কনি।

হিংলিঙৈদা কেবা নানবা পামজখিবা
মূর্ত্তি অমা
হৌজিকসু উবি ঐগী মীত্তা।

*(১৮ জানুবারী ১৯৯৮)*

---

* ইং ১৯৯৪ দা রাইটর্স এসোসিযেসন, ককচিংনা শীন্দুনা সংস্থান অসিগী চহীগী মীফমদা পাঙথোকখিবা কবি সম্মেলন অমদা শ্রীলেখক (মোইবাংথেম মোহন) না '**গুরুদেব**' কৌবা রবীন্দ্রনাথকা মরী লৈনবা অতেনবা শৈবেং অমা পাখি। শৈবেং অদুগী রাহৌদোক ওইনা সম্বালশিংনা শহরগী কৈথেলদা কাবকপগী মওঙ মতৌ থাদুনা রাবী অমা লীখি। রাবী অদুদগী ঐগী পূরুীংদা কাউবা ঙমদনা লৈখিবা অদুনি শৈবেং অসিদা উৎলিবা মখোযগী খোঙচৎকী ইমেজরি অসি। হাযবিবা শৈবেং অসি কবি অসিগী শৈবেং লাইবিক **"হিংলিবা মীশিংগী কেটলোগ"** (ফোঙবা ১৯৯৫) গী অবোইবা লামাযদা য়াওখ্রে।

## হন্না য়েংখিবদা

নশাগী নাপলগী পোৎলুম পুজবতদা
হিরাক্সরবরা হীরোয নঙবো
লুপ্পবরা ঈরোন্নুংদা?
ঈপাক্সু মথোই কারি
তারমদাই নুমিৎকী মঙালনা
মাগী মথক্তা শল্লকপদা
মঙোন্দগী থোকখিবা মঙালনি হাযনা।
ঈথক ইপোন্না হৌবক্রে
লৈবাইদা থেংলক্রে জম জম।

তোর্ব্বালদা কনাসু লৈত্রে
নঙগী হি ঙাইবা,
নঙগী নতেঙ যাওদনা
চৎখরে মখোয় ঙস্নমক
নিংথৌ ভুবেলনা কৌবক্তুনা।

বারেদো ঐহাকসু মকপ
ইশাগী ইমিদা লুপচবদা।
ইশাগী মনমদা ঙাওজদুনা
কোঙ্গোল ওইনা কামথক্তুনা
নুংশিত্তা কোয়পাই পাইরুই
তরঙ মালংদা তাউরুই।
ঐহাকপু কৌরকই খন্দুনা
চৎলুই মফমদুদা;

অদুবু হন্না য়েংখিবদা
লৈবমদে কনাসু ঐবু ওকপিনবা
ঐগী বা তাবিনবা।
নীংবা কায়না হনবা তাবে।

চীক্লবা লমহাঙ অসিদা
ইদোম লাউজবা খোঞ্জেলনা
খোম্থাঙ যৈবকই ঃ
অপঙবা অপঙবা,
নশাগী নঙক্তা হূকচনবা পুবকপা
নশানা লেংজবা লৈ-পবেং
হুন্দোকখো লৈমায়দা।
নহাকপু কনানো?

*(২১ জনুৱাবী ১৯৯৮)*

# বাল্মীকি

অপাবা ঃ অশৈবা,
বোম্না হৌরগা নহাক
নৈদা লোইরবরা
থৌনা হল্লবরা ?

অশৈবা ঃ নৈগীসু চন্নফম য়াম্না লৈ;
নৈগী তেন্না নঙগী থম্মোয়দা পাল্লবদি
ঈগী মহুত্তা মীত্তগী পি শাঁম্বগনি।
হৌজিক্তি
বোমগী তোপকী মহুত্তা
নৈগী ব্রাথলসু ঙহাক মখনশি।

য়েংউ
সন্ধ্যা ওইরক্রে
নুমিৎনা নোংচুপকী চীংয়াদা
সনা মচুগী মঙাল চাইরক্রে।
উশাদা তোংদুনা চীপ্পোরক্লম্বা
পাইখরে চেক্লাশিং
অথাপ্পা উমং তম্না।
তূম্মিন্না নৈশি
বা ঙাঙগনু;
মশানৌ শেৎনরবা থঙ্গোংনা
য়েংলি বাল্মীকিগী মায়ৈগেদা।।

*(২৬ জানুৱারী, ১৯৯৮)*

# শক্তম পরেং - ৬

১

শজিবু থাগী নুমিদাংবাইদা

নোংমদোন ঈপাক্তা

অমুবা মুক্কী মচুনা

ঈথক হৌবি।

কুংনা থানা

অমুবা ফুমগী মপৈ মপৈনা

তাউরি।

ঙাঙ্‌গ্রানবা উচেক পরেং পরেংগা

ঙাঙ্‌গ্রানবা ঙাগী শঙ্গু শঙ্গুগা

পাইদুনা শান্নে

তাউদুনা শান্নে

অমুবা ফুমশিংগী মথক্তা।

ঙাগী মথক্তা উচেক্না তোংই

উচেক্কী মথক্তা ঙানা তাউই

তাবমদাই নুমিৎকী মঙালদা

নোংচুপ চীংশাং নাপোমদা।

তপ্না তপ্না মাঙখি ঙাশিং

তপ্না তপ্না মাঙখি উচেক্কী পরেং

যোৎশিন্দুনা নোংমদোন্না।

চাউথোরকই অসুম অসুম

মাগী মপূক

ঋাংখৎলকই অসুম অসুম

মাগী থবাক,
মুশূক মুরবী
থা শুরবী নূপীগী
ফীজোল থোংদ্রবা হকচাংগুম্না;
নুমিৎনা তাখিবদা
শজিবুগী নোংমদোন।

কনাগুম্বা কালিদাস অমনা
উরম্লবদি মাবু
হায়গনি শোযদনা ঃ
মশাগী হকচাংগী পোৎলূম পুবদা
মঙম শান্দ্রবী চোকথরবী চনূসে
চংলক্রে তপ্না তপ্না
মকুম মথা শুরদুনা
পোৎলূম থারুনবা




২
কনানো হো উচেক নহাকপু
খোঞ্জেলনা লৈরোং য়েক্লিবা?

লূপাগী পুখম অমা
নীক নীক লাউনা তাউরি
অতিয়াগী মচী অমদা।
পুখম্মু অমুক অমুক কূপশিল্লক্লি

লৈচিলগী কণ্ড মপৈনা।

৩

ঈচীক হুনবগা মালংবগা

বাবী শাবি নাপ্পা চীক্লা

হৈনৌ পাম্বীগী মকুমদা।

৪

থাবলনা খূবাক মযি যেংলি

লীক্লা চাইববা

ডনা থক্তা।

*(২১ এপ্রিল ১৯৯৮)*

## শক্তম পরেং - ৭
## (কুলমণিগী মফমদা)

অঙনবা অযুক্তা
যাইঙও মচুনা চাইববা
চীংগী লম্বীদা চৎলিবা
তথক তথকপা খোঙথাং থাংলিবা
হো শকখঙদবা মক্নপ,
কনানো • ঙনা থিবিবদো ঃ

থাপ্না তান্না উবা
অঙম্বা চীংমাযদগী চেম্ববক্লিবা
ঈশিং চাইবীগী মিববা খোঙেলন'
কবিনো বা খবা হাযবক্লি নতাক্কী নফমদা
নাপ্পা চীক্পা লোন্না।
কনাগী মপাউনো তল্লিবসে
কবি যাৱানো হাযবিবসে ঃ
তালোয শেৎনবগী মপাউবা ঃ

অথাপ্পদ
পাইখি উবোক অমা
লৈচিনগী ঈপাক্তা
নাইতোম তবক তানা
মপাঙ কনা যাওদ,
যাম্না চোকথনা
শাগল তুফাং খপ্লদুনা।

কনানো মানা থিরিবসে?

উথুমগী হৈকোন্দগী
মালংবগী ইপোমদা
নুংশিবা হৈনম্না শম্লক্লে।
মপী কায়নরবা শজি মচা অমনা
খৌরাংবা মৈচাক খাওলদুনা
তিংখৌ মরক্তা লীক্লা থক্লি
মমাগী খোম্লাংগুম।
খৈরোয় অমনা উথক্তা চেনখৎখি;
খংদুনা পাইথোকখি উচেক অমা
শহুম কন্না!
কিজরমই শজি মচানা।

ইনক নক্লা
খোংলক্লে লময়েন অমা
চিংল চিংলদুনা
তেংথা নাওইনা
শেম্নবা খোনফমদা।
হো লম্লানবা মরূপ,
কনানো মহাক্লা কৌরিবসে?

নযূমগী পাউ তাবরা
শিখি নাখিবা মরী মতাগী
অথুবা পাউ লাকপরা?
নপারী কায়না মৈচাক্লা
নমোম শেংনা চৈনারা?
নংত্রগা নত্তসু ঐগুম্না
সিনি হায়বকম খণ্ডবা অবাবা অমনা

পুক্নীংবু মতম চুপ্পদা ওত্তুনা
ঙাওনা ফৈনা চৎপরা ?
নঙগা ঐগা অমত্তবা
হো লম্নানবা মরূপ ?
চৎলু চৎলু
ঈশিং চাইবীনা কৌবকপা মাযগৈদা চৎলু,
নুমিৎকী মঙালনা য়েবকপদা
চুমথাঙগী মচুশিংনা শান্নবমগনি।
মফমদুদা শান্তি ফংগনি
মফমদুদা পোত্থাবা ফংগনি।

(২২ এপ্রিল, ১৯৯৮) ◉

২ ক ে লূ নী পূ মা



# মায়াদেশ

**থাংজম ইবোপিশকী**

**৪ শুবা শৈরেং লাইরিক অসিগী**

মপুং ওইবা থিমশিংদি— কাঙলূপকী হাৎন-শুনবগী ঈরাং;
নহারোলগী লালহৌগা শাগোন্নবা অবাবা থৌদোকশিং;
ডিহ্যুমেনাইজ ওইরবা তমথীরবা মতমসিগী মীওইশিংগী
মরমচৎ; লক্লদুনা করেম্নদুনা থাবা সমাজগী শক্তম,
কেরিকেচর; অশিবগী মরমদা খনবা অমসুং মসিনা
পোকহল্লকপা মতম পুম্বদা থানবা ঙমদ্রবা পুক্নীংগী চৈনা;
মহৌশা প্রকৃতি— অসিনচিংবনি।

প্রকৃতিগী মফমদা চঙজনবা হোৎনবদা কবিনা লাইরিকসিগী
থাহৌদোক্তা অসুম্না হায়রি— *"ঐগী মাঙদা থোঙ অহুম লৈরে— আত্মা, ঈশ্বর অমসুং প্রকৃতি। থোঙ অনীদি হৌজিকসু লোল্লি। অমদি হাংলে— অদুবু থোঙজীন কানশিল্লগা মনুং য়ৌশিনবদি ঙমদ্রি হাংলিবা থোঙ অদুদসু।"*




রাইটর্স ফোরম
ইম্ফাল